# লোম্ব্‌ন শিন্‌লোন্‌

মৈতৈ মযেক্কগী
শিন্দোকুনা সম্পাদন তৌরবা

ও, ভোগেশ্বর

*Publisher* .— **O. BHOGESWAR**

LOINA SHINLON—Ancient rules & regulations and etiquettes of the common people of Manipur.

অহানবা নম্বা ১৯৬৭

কোপি—১০০০

অনীশুবা নম্বা ১৯৮৭

কোপি—৬০০

হকপুম্বা কল্লবা

মমল লুপা ১০.০০

মপ্ক্ষম—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# বামাং য়ানবা

শ্রীভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌবা "লোয়্‌ন-শিল্লোন" মকোক্তুগী লোইবা ফাউবা শিং-শিংনা পাজরে। লাইরিক অসি মতম কুইনা মৈতৈ-চেদা মৈতৈ ময়েক্না ইহুনা মৈতৈ পণ্ডিত্‌শিংগী লুবাক মমুংদা লৈরম্‌বা অহুগুম্বা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা লৈমা নিংথৌগী শিল্লোন্‌, অঙম অথৌশিংগী থৌগল্লোন, পুখ্রম্বা নোংথোন, লাকপা মরি অমম্মুং কমথৌ ছুমফুমরিগী শিল্লোন, বায়েন শিল্লোন, শিন্নাইবগী শিল্লোন, নিংধেমম্মুবীশিংগী শিল্লোন, অসিনচিংবা মশিল ইরি। নিংথৌরোন মথং মথংগী ( নিংথৌ খুদিংগী হাকথক্কুদি নত্তে ) মশিন অম্মুম ইরকপনা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা ( ভাগ্যচন্দ্র ) সনা হাকথক্কা থৌবম মশীং হাপ্না ইথিবা অহুগুম্বা শিল্লোন লাইরিক্নি। লাইরিক অসি পিকচরবম্মু ইচম চম্বা লাইরিক নত্তে। মৈতৈ ইজাতিগী মমল য়াম্নবা ইরম্নি। লাইরিক অসি ছাপা তৌহুনা পুথোকপিরকপা অসিনা মতম মতমগী মশিন অমম্মুং থৌগল্লোন খঙনিংবা মীশিংগী, থোইদোক্না রিসার্চ্চ তৌরিবা মীশিংগী কান্নবা ওইগনি। শ্রীভোগেশ্বরসিংহ সাহিত্য সেবা তৌজরিবা মীশক অমনি। খ্বাইনা শক খঙবিরবনি। মহাক্কী 'নিংথৌরোন শৈরেং' লৈবাক মাংদা লাম্লোকখ্রবনি। সাহিত্য-সেবী অসিদগী ঐথোয়না আশা তৌরি। মথং মথং অসিগুম্বা লাইরিক পুথোকপিরক্লুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুক্কে থমনবা হোৎনরকনি।

থাংমৈবন্দ
তাং ৪। ৫। ৬৭ ইং।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ
বি-কোম্‌।

# বারোন খরদং

মীওইবা জাতি, কাংলুপ নাইনা পুন্না হিংমিন্নবা পাম্বা জাতিনি। এলহৌদুদগী মীওইবা জাতিনা সভ্যতা ফংলকপা মতমদগী মাগী মাগী ফুরুপ নাইদুনা পুন্না হিংমিন্নরকলি। তুংদসু হিংমিন্নথিগনি তৌইগুম্বস্মং অশীল অরাং থৌবু নাইদুনা পুন্না হিংমিন্নবনা মীওইবগী পুক্নিংবু অমত্তা ওইনবা থৌন্নিনা লাকশিনবা থোইদোক্লা অরাবগী মশক্নি। মরম অসিনা চহি চা বয়াগী মমাংদগী মৈতৈ ইজাতিসিগী লাইগুন্নবা ইপা ইপুশিংনা মকোক থোংবা রাযেল থৌদা পিবা ওম্বা মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা খল্লগা নিংথৌ অতুগী লৌশিং চাউবা মচা মনাই পুন্না খন্নদুনা চৎনবি থৌরম, থোগন, মশিল, মথৌ, মঙম পুম্বা মচা খায়দোক্নুনা মশাবু মশানা ঙাকচনবা থৌরম কয়া শীঞ্জরমই। অসিগুম্বা থৌশীলনা মীওইববু অরানবা লম্বীদগী ঙাকশেল্লি, মাসিবু লোয়ন-শিল্লোন হায়বা মিংথোন্দুনা চৎনবি অমগী মখাদা লৈঙাকলোন ওইনা ইদুনা থম্বিরমই।

অসিগুম্বা চৎনবী লোযন-শিল্লোন অসিনা মতম কয়া কুইনা ইয়াইদা মথক্তা শাৎচবী থম্বালগুম অচিকপদা রানা খাঙল্লরবা। ঙসিদি ভারত মনিং তম্লে মৈতৈ লৈবাক মনিপুরগু নিংতম্নগী ইথিলদা তাউজরবনা অশংবা অতিয়াদা

থবানমিচাক পিক্তক্লা তনিক তনিক ঙানজবগুম পিক্লবা ইরৈবাক্তী ইপা ইপুশিংসু থোইনা নোপ্পক্কে হায়ত্নুনা মঙৈ নীক্লা নীক্লা মচা মশূশিঙ্গী লনগৈ, তাবূদগী চাইথরকলি ।

ঙসিদি তোল্লবনা ইপা ইপুশিংগী লনগৈ মনি মচেৎ অমা খুল্লরে। য়েংলুই, ঐ ইতোমতগী ইপোৎলা। হন্না হন্না খল্লুই। ইপোৎ নৎলমল্রে, ইজাতিগী অপূনবা, মরল অশেংবা ওইরম্রে। অদুগা নিংথৌ পাল্লিরৈঙ মতমগী চংনবোল সংস্কৃতি অরেপ্পবু তৌরিবা লোয়্‌ন-শিল্লোন ঙসি ইজাতিগী খুত্তা লাম্থোকচরি। হরাউ তরাম্না মোমোন নোক্লা তোল্লবগী খুদোল লৌবিয়ু। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা ইপা ইপুশিংগী মরল অসি পুকচেল চাউরবা ইয়াম্বা শক্লবা ওক্রম নিত্যাই পণ্ডিতকী মফমদগী হরাউ হরাউ পিবিরক্নুনা মনিপুরী জাতিগী খুত্তা লাম্থোকচবা ঙল্লিবসে ইয়াম্বনা থৌজাল ইরিক খিকপিবননি। মাসিগীদমক ঐহাক্লা পুন্সিগী তৌবিনল থগুবা উচ্চরি।

অরোইবদা ঐনা অমুক পঞ্জনিংবদি লাইরিক অসি ছাপা নম্বগী মতাংদা শ্রীযুক্ত চিংঙাথম পিশক সিংহ এম, এ, প্রিন্সিপল্ মনিপুর কোলেজনা পুকচেল চাউবগা লোয়্ননা যাবমখৈ তেংবাং- বিখিবনা থবক অসি ঐনা পাংথোকচবা ঙমখিবনি নত্রবদি ওম্থোক্লা অবাবা পুঙমত্রবা ঙার অমা ইকোক্তা নল্লমগনি। মাসিগীদমক ইপা শক্লবা ওঝাগী মফমদা পুন্সিগী লম্মন তোনখরে। অদুগা লাইরিক অসিদা মখাগী ফুট নোট পিবদা কৈদাগী

অর্থবু মীহাং মীপুম্ভগী ওইনা ইথোকখ্রে মসি নিপানা মূপী শাবা নত্রগা ( নপুংশক ) ওইবদস্মু খঙনৈ অতুগা পুরয় লয়কোযবা মথৌ য়াঙ্গেনববু পোৎলোইবস্মু খঙনৈ। থোইদোকপা অমনা লাইবিক অসিগী মতিক মগুণ মমুং অসিদা ইরিবা পুম্বা ওসিগী সমাজনা থোইদোক্লা বারৌবিরোই নিঙবৈ মরমদি মাসিদা লৈরিবা বাহৈ বাতা পুম্নমক অসি ঐদি সম্পাদন তৌজবতনি, ঐনা অমুক হাপতোক হাপচিন ওম্বগী শক্তি লৈজদে। অহল লম্মন্না থম্বিরম্বদু ইয়াম্বা অসিনা পিনবিরকপা অদুমথৈতবু সম্পাদন তৌবগা লৈবাক্লা কচ্চবনি।

শ্রীভোগেশ্বর সিংহ
১। ৫। ৬৭ ইং

# য়াউফম তাকপা

| হিরম | | লামাই |
|---|---|---|
| ৫৫। অঙৌপানবগী ফম্বাল ৱাঙ্গোন শেন্খায় | .. | ৩০ |
| ৫৬। তমফা খুরাই লৈমগী ৱাঙ্গোন শেনখায় | ... | ৩০ |
| ৫৭। কংলৈ মৈতৈ লৈমগী চাপোক ৱাঙ্গোন শঙগী মশীল শিল্লোন | ... | ৩১ |
| ৫৮। শিনলঙ শিন-লাঙবগী শিললোন | .... | ৩২ |
| ৫৯। শিন হৌবগী লোয়ন-শিল্লোন | ... | ৩৪ |
| ৬০। নিংথৌগী ঈ চারী শমথবগী শিল্লোন | .. | ৩৪ |
| ৬১। য়িমজাউ নাউদাগী লোযন-শিল্লোন | | ৩৬ |
| ৬২। ক্ষেত্রিগী লোয়ন লৌগন শিল্লোন | . | ৩৭ |
| ৬৩। কংলা শঙবগী লোয়ন-শিল্লোন | . | ৩৭ |
| ৬৪। নাউথিংখোং নিংথৌগী খুংগী শক ৬৬২ শুবদা চংলম্বা শিল্লোন | .. | ৩৮ |
| ৬৫। মৈদিঙু কিয়াম্বা সনা হাকথক্তা পুথোকপা কৈথেল | .... | ৪০ |
| ৬৬। নিংথৌ শেনবগী লোযন-শিল্লোন | .... | ৪১ |
| ৬৭। য়ারেকশঙগী লোয়ন-শিল্লোন | ... | ৪১ |
| ৬৮। মৈদিংঙু তূবী খাগেম্বা সনা হাকথক্তী শিল্লোন | .... | ৪৩ |
| ৬৯। শেনাক খনবগী শিল্লোন | . | ৪৪ |
| ৭০। নিংথৌ শেনবগী শিল্লোন | ... | ৪৪ |
| ৭১। শঙ মাপলগী লোয়ন-শিল্লোন | ... | ৪৬ |

# লোয়ন-শিনলোন



হয়ি হযা হে লাইয়িংথৌ তাইবং পানবগী মপু, লৈমরেন শিদবী অনিমকপু হন্না হন্না খুরুমজরি। লাইযিংথৌ নোংদা লাইরেন পাখংবদগী হৌনা নিংথৌ ৭ মক্তি খোইযুম মশানওয়ে। মৈদিংগু নাউফংবদগী হৌনা নিংথৌ ৩৫ শুরকপা মৈদিংগু চরাইরোংবা য়েনা মীপোং কৌনা ফাউজরকযে। চক অসিদা লাইখুন তিনখুন লাইরুপ তিল্লুপ, মীরুপ পোংলুপ, শিন্থোং খুন্থোং অসি খৈবিক কাযহন্দনা চঙনা চঙনা নিংথৌ নাউফংবনা যাথং কোলোয় হাযরভৈগী মতুং ইন্না খোইযুম ৫ মানা লাইচাউ ৫ ওইদুনা তেংবানবা মপুনা হায়দোক্লকুনা লৈবাক্তী ফমথৌ নিংথৌ অওবা অথোবা শাচিং লানচিং খোংমী লানমী অয়াম্বা খৈবিক্না লৈনা নিংথৌ অনিমক্তী থৱাই ৫ মানা হরাউনা নুংঙাইনা মরাং কাযনা কুইনা শাংনা লৈবাক মরা চেৎনা অহোং অচাউ থোক্না শাথোং লান্থোং থোক্না থিংনা মাইকৈ ১০ মকপু খুত্তা থুমনা নিংথৌ অথোইবা লৈবাক্তী মপুরেন কৌনা তিন্থোং লাইথোং খঙনা থৌখল্লকপগী থৌখললোনবু হায়রকে। তাউও হে লাইনিংথৌ নিংথৌরেল অথোইবও।

লাইরূপকী খোগল

শঙ্গাই, য়িমঙাউ অনিমক্তা খনবদি মমুংগী য়োইবু য়োইহৈ নিংথেম মুবীনা খল্লে। অসিদি লাইগী থোডনে লাইরূপ কৌয়ে।

1 লাকতোনগী

লাকতোন্দদি শঙ্গাই শেনবগা মুংফৈদা কানা ঙাইফৈয়ে।

2 লাকখোংগী

লাকখোংদদি লৈমা শেনবা, নিংথৌ শেনবা, তুলাইরোই, তুলাইপাবা, চোঙখানবা, য়িন-খানবা, পেনা খোংবা মখৈ অসি খৈবিক্না ঙাইনৈয়ে। খোং ৩ মা অসিদি তিন্নখুন, লাইথুল, তিনথোং ৩ মক্কে। খোঙশঙদা চূঙ ফিরাল, পূং শেন, শগোল শামুনচিংবা খোগন পুম্নমক্না ঙাইনকতনে।

দোলাই তোংলবদা

দোলাই তোংলবদা দোলাই কোনজিল ৫ মক্তা দোলাইপাবনা খৈরেয়ে। চিথেক, মাঙ অনিমক্তা অকন অথোনা খনকতনে।

শগোল তোংলবদা

শগোল তোংলবদা মাঙ-তুং অনিমক্তা শারুংবনা খনকতনে।

শামু তোংলবদা

শামু তোংলবদা মাঙ-তুং অনিমক্তা শামু শেনবনা খনতকনে। পেনা লময়িন থৌখল্লে। নিংথৌনা লম থোকপগী লোয়্‌ন-শিল্লোনদি অসিনে খংও।

---

১। লাকতোন-শিংথোগী শঙ্গাই কাদা পাউ য়োমবা খংনবা কা।
২। লাকখোং-নিংথোগী খোগনলোইশিংগী অহানবা পুনফম কা।

নিংথৌগী শিল্লোন

নিংথৌ ওইবনা তৌগদবা শিল্লোনদি হায়রক্তে তাউও নিংথৌদি পঙনা থোকফরোইয়ে। রাম্ভ পঙনা হায়ফরোইয়ে। রাদি থন্না থন্না হায়গনি, নিংথৌনা হায়দোক্লকপা রা অহুবু লৈবাক্কী অঙম্বনা হৌগত্তুনা খুৎলোম্ননা ওক্কনি। রা অফবা ওইরবদি লৌগনি। ফত্তবা ওইরবদি হায়জগনি। পঙনা যাফরোই থঙও। নিংথৌনা রাহৈ য়াথং হায়গদবা শিল্লোন্দি থা অমগী মঙ্গুংদা অমরক অনিরকতম্না হায়গনি। নিংথৌনা কৌদনদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফমথৌ পুম্নমক্না পঙন চঙফদে। কৌশিল্লগা চংকতনে থংও।

নিংথৌনা কুম্ভ য়েংবা তারবদা তৌগদবা শিল্লোন

নিংথৌনা, কাংলৈ মুক্না শান্নবা করি করিগুম্বা তৌবা তারবম্ভ হয়েংদি নিংথৌ শানথোক্কনি হায়রবদি য়োইবু য়োইহৈ নিংথেম মুবী পুম্নমানা লাক্তোন্দা মুংফৈদা শঙ্গাই শেনবদা হায়দোক্কনি। য়ারেকশংনা শঙপাম্নবা থৈবিক্তা নংগী নংগী থোগন শোয়ক-থোইদবনে হায়না পাউথাং হাযথোক্কতনে।

লৈমা নিংথৌগী শিল্লোন

লৈমা নিংথৌ অনিমক্কী য়োইবু য়োইহৈ পুম্না তিম্ননা লৈরিঙৈদা মঙ্গুংদা তৌগদবা লোয়্ন শিন্-লোন্গী রা হায়রক্তে। অহিংদি লৈমা নিংথৌ অনি-মক শঙ্গাইদা লৈগনি। নোংথিন্দি ভু অমাম্বগীনে। অসি শোয়রবদি নাথাং হঞ্জবী, হীরুশঙ হঞ্জবী, লৈখোম্নশঙ হঞ্জবী, য়েম্রেন হনবী,

কৈক্রেন হনবী, ক্রিক্রংহনবী, কৌকংহনবী, ভারুংহনবী অদুগা থুমজাউ কংবী মাপসনা অসিনা রায়েল তৌগনি। লাল্লবদি মন নাই রাকোংয়ে। নিংথৌনা শিল্লোন অসি কায়রবদি ফত্তে। থৌরম রারম লোয়্‌ন শিন্‌লোন্‌ অসি থৈবিকপু কায়ফরোইদবা শোয়ফরোইদবনে থংও।

সনামহি, তমফা-সনা, ইবুংশিজগী মিঙ্গৌ শিল্লোন

হৌজিক্তি শিল্লোন অমা হায়রক্কে। মৈতৈ লৈমনা পোকপা শিজ অদুনা খুরাই লৈমা ওইরবা, খুরাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম শিজ অদুনা অমরক মৈতৈ লৈনা ওইরগা পোক্লকপা মৈদিংঙু নাউদাবু নিপাদি সনা মহি বৌগনি। মুপী ওইরগা তমফা কৌগনি। অয়াম্বদি কৌফরোইযে। নিংথৌগী ঈ অযাম্বদি সনা কৌগনি। তমফাগী ময়াদি ইবুংঙো কৌগনি। নিংথৌমচা অয়াম্বদি ইবুংশিজ কৌগনি। শিজ নরা অয়াম্বদি অঙাং কৌগনি থংও।

অঙম অথৌ-শিংগী থৌরম থৌগলোন

হৌজিক্তি লোয়্‌ন শিল্লোন অমা হায়রক্কে ভাউ ও! লৈবাক্কী ফমথৌ নি থৌ, অঙম অথৌ পুম্নক্কী থৌগনলোন্দি :—দোলাই তোংবা, শগোল তোংবদি স্নথোঙদা থাইযে। মাইচৌ ফম্ন ইবা ৪ মক্তি বৈথেল লানমী থোংদা থাইয়ে, হাউপাঙবা পুরেন্গা চীংমৈরোংদা চীংভাদা কাংজিংদা, থোমপিতোংতা, ইরিল মপান্দা থাইয়ে। মোইরাং নিংথৌনা যাইস্কুল থোংদা থাইযে। শগোল দোলাই থাযম কায়ফরোই তৌফদে থংও।

অঙোপানবগী খোংউপ অমম্ুং ফিদেৎ

হৌজিক্তি খোংউপকী শিল্লোন হায়রক্কে তাউও ! অঙোপানবদি খোংউপ অশংবা তোংগনি, ফিদাদি অঙাংবা মচুগী ফিদা ওইগনি। ফিজেৎ কৈফেজোমদি হিগোকনে, [1]মপান শোমগনি, ফুরিৎসুং অঙাংবনে, ইম্নফিম্সুং অঙাংবনে, শমজিনসুং অঙাংবনে, অঙোবনা [2]লীবনে, চোঙদি তেংনানে, পেদি অঙোবনে, য়াইদি লুপানে, কোনঙোনে, মিশিনে, লিক্লাইনে, হুংশেম্নে, য়োংঙোনে, লোনঙাংনে, থোঙোনে, মেংশেম্নে ৯ মা অসিদি থাগী থাকুপনে থংও। অঙোপানবনা চংবদি লোইনাইনা ফিদা অহু কোক্কা খোংনা পুগনি। কাশেনসু খুদোং পুগনি। লাকখোং য়োরবগা ফিদাসুং নাকন্দা য়েপকনি। হিদাকফু কাশেন্দি লাকতোন্দা থনমগনি। খোংউপ, ফিদা, কাগোক ও মাদি শঙ্গাই সুম্মাং য়োগনি থংও।

মৈদিংঙু নিংথৌবেনশিনা শেৎ চনগদবা ফিজেৎ

মৈদিংঙু অপানবনা শেৎপা ফিজেৎ লৈতেংদি শমজিন অঙোবা খদাংয়েৎসু অঙোবদা অঙোবনা লীবা ফরাংচি নম্বা সনাগী কোঙ্গোন অনি খিনবা ফুরিৎতি কোনখা ফুরিৎনে। কৈফেজোমদি মপান শোম্বনে। ইন্নাফ মফৈ ইন্না খুপ্তুনা লেংদোন্দা য়ানগনি। খাংদা ওইরবসুং য়েংকনি। শেকপিন মথোল ৯ পানবা অঙোবনে। চোঙসু পেসু অঙোবনে। ফিদাদি ফিপোং অঙোবনে থংও। মৈদিংঙু অপানবনা

[1] মপান শোম্বা = কৈজোম মপান্দা খোই লোনবাওয়া লেমবা মরোল মথল অমা।
[2] লীবা = পুনবা

শেৎপা, ইনবা চৎপা, চাবা, থকপা, নোকপা, কপ্পা, হংবা অমম্ভুং হায-বা অসিদি নিংথৌ মচা মত্ত লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক্কা তমহৈদে খংও। মৈদিংঙু অপানবনা লোইগদবা য়াইদি সনা, পিথ্রাই, কোবি, ভমফা, চাক্রিক, নোংপৈ্‌, পোহান, হি-য়াই ৯ মা অসিনে। অসিদি সুমিৎকী শাগৈনে খংও।

পুথ্রন, নোংথোন লাকপা ৪ ১সুং ফমথৌ ৬৪গী শিল্লোন

হৌজিক্কি হেপ্পু পুথ্রনবা হেপ্পু নোংথোনবা যাইস্কুল লাকপা, থাইবাকপা, থুরাই লাকপা ব্রাংখৈলাকপা ৪ মা, শঙলেন লাকপা ৪ মক্কী লোয়্ন-শিল্লোনবু হায়রক্কে। মনাই মশন্না ফিথা লেংদোন্দা পুগনি। কাশেনস্থ খুদোং পুগনি, থোংউপ ফিদাদি লাকথোং য়ৌগনি। ফমথৌ নিংথৌ অযাম্বা অতৈদি থাউ পোৎনা নমগনি। কাশেন মনা পাযগান, যমথৌ যমবৈ ফম্বা যম পুন্নমানা যম্বৈদা যন্নবদা মঙাই মশেন, মকপ মপাং লাকপদা হৌগত্তুনা পানা লানফবোই, ব্রা হায়নফরোইয়ে। অসিদি ফমথৌ ৬৪ মক্কী শিল্লোমে খংও।

শেলুংবা ৪ মক্কী খোংউপ্তি লাকথোং যৌয়ে। হাইথৌ ৪ মক্কী থো উপ্তি লানমীথোং য়ৌযে। পুথ্রনবা, নোংথোনবা, শঙলেন লাকপা ৪, লৈকাই লাকপা ৪ গা ১০ মক্কীদি শমজিন অঙৌবা, খদাংম্বেৎতি অশংবনা লীগনি॥ অঙম্বা ফম্নাইবা, শঙপাম্নবা পুন্নমক্কী শমজিন্দি অমুবনে। খদাংম্বেৎতি লোইয়াম্বা, অঙাংবা, হিগোক, কুমলং ৪ মকনে। ফিদাস্থ অঙাংবা অমম্ভুং অমুবনে। পঙনা মান্নফদে খঙও॥

মনা পীবগী মশৌ শিনলোনদি

হৌজিক্তি লোয়্ন-শিল্লোন অমা হায়রকে। মৈদিংঙু অপানবনা মনাই মশন অকন-অথৌশিংদা মনা পিগদবদি লানফম অচৌবদা সনা মাংদা নত্তনা ভমজরবদি নিংথৌ-ফি মন্নেক ত্তবা পিগনি। লৈনা শিজন্থ পিগনি। ৫ রক ভমজরবদি ফিরান-নাম্বা পিগনি। ৭ লক ভমজরবদি থাং পনলোইবা পিগনি। ৯ লক ভমজরবদি মৈবুল হাইজাও পিগনি। মাগী শুম্মাং য়ৌনা থানগনি খংও। পভনা ভৌফরোই খংও। মপু নিংথৌ য়াউদনা ভম্নবদি নাই, শন, লৌচা, কবুই নাইচা পিগদবনে। মাগী মাগী মতিক য়েংনা সনা লৈখাম, লুপা লৈখাম পিগদবনে। পভনা পিফরোইয়ে খংও।

শা কাবগী মনা ছায়গে

হৌজিক্তি লোয়্ন-শিনলোন অমা হায়রকে। পানবা কৈরেন ফাবদি মী ১০ না ফাৱবস্থং মনা পিগদবদি মী ৩ দনে। মী অমদা লৌ পরি ১, থুম নামা, ফি-নচিংবা পিগনি। মথং অমনা থুম নামাগী মথাই, লৌ অমগী মথাই, ফি অসি পিগনি। মথং অহুম্সুং হান্নগী মথংগা মখোয় অনি মান্ননা পিগনি। অসিনে খংও।

---

শোক কুমশিং শ্‌ ৪২৯ শুবা মৈদিংঙু নাউ-ফংবা মতমগী শিন্‌লোন

মৈদিংঙু লাইরেন নাউফংবগী মতমদা হায়রম্বা শিন্‌-লোন্‌বু হায়রক্কে। মঙাং, লুবাং, খুমন গুরু পুনশিবা অহুমমক্কী য়াথংবু লৌহ্‌না পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈবাক-সিংগী রায়েল থৌথা খঙননবগীদমক হায়রক্কে হায়দুনা চৌংঙু লাইগীদি মমৈ, তাইবং নমু পোংগীদি মকোক লাইরেন মৈদিংঙু নাউফংবনা থনম্বা হায়রম্বা রাবু হায়রক্কে, তাউও। কংলৈ মৈতৈ লৈমনা রা অনি হায়ফরোই। লৈবাক নিংথৌগী ফনবা তৌবদা লল্লিকফরোই, রা অনি শুফরোই। মৈদিংঙু অপানবনা রা অনি হায়ফরোই। রা অনি শুনা হায়রবদি লৈবাক রাথোকয়ে। রা য়াম্বযে তৌহৈদে খংও। অহুগা লৈপাক্কী মাইচৌনা অথং-অহৈনা লৈবাক্কী ফমথৌ নিংথৌ অডম অপৌবনা লৈবাক নোংথৌ অনিমক্তা অফ-ফত্ত তৌরগদবা-থোক্লগদবা, উর-খঙলবদা হায়দ্রবদি লৈবাক নোংথৌ যক্কে, হে মীওইবশিংও খংও। নোংপল নোং চুফরোই, চুরবদি লৈথোং নোংথোং কায়বা কৌযে, কাযফরোইয়ে। কাযদনবা রায়েন চুমও, থৌথা নমগুনো! থকশি-খাশি নমলানগুনো। কুম থাদি মীগী রায়েল ইল্লে—রায়েল কায-বরোইয়ে। রাযেল অমাদ যন হুবা, শগোল নাই হুবা অসিদি মথোং অহু ককও। লৈথুন হুংপা হুরানবদি মথুং ককও। মচিন থিবা পুকহোন পাহোনজবা আসিদি মচিল লেললও। নিংথৌগী ইবেম্মশিংদা মিংয়েং নাম্বেংবা, লাল্লবা, মীগী মতু হুবা অসি থৈবিক্তি মমিং হনথোকও। মচেম মনেম খঙদনা লাম্লবদি নোং লাউনৌও। নিংথৌগী ফিজি যিনা নেংপদি লোই থাউও। নিংথৌ শেম্বা মীশিংদি তুম্বা হাংও। নোংমলহল্লো, লাইথুং মখক নাইফদে। য়েক্লবা মথাক নাইফ'দ, লম্মন

মখাক খমগুনো। তিন তিন্নবা, পি-তিন্নবা য়েক-তিন্নবা চন্নু নিংঙোলদি লৌনহৈদে। মরা মপুরোইবদি খোঙ শিলও। উন্নং লাইগী খোগন য়াউফদে কাফদে। মন ইরোইগুম্না মহাক্তি মশিং নাইদে। শঙ পান্নবা ১০০ মকন্নু ফঙে। শামু ১০ন্নু ফঙে। শগোল লথা ১০ মার্স্ন ফঙে মন ইরোই শা উচেক পুন্নর্মাদি মশীং নাইদে মশক লেপ্লে। লৈবাকীদি লানফমদা মী ৩০ মুহৈদে।

বায়েন শিন্লোন

নিংথৌগী লৈমা অথোইবাদ কাংথোন থাইয়ে। অপানবীনচিংবা তু অয়াম্বদি অহিং খল্লবম্ন ফিরোম পুশল্লে। নোংঙালগা পুথোকয়ে। থাগী লৈ শাংলবদি ফি শেংবা নুনিত্তা নিংথৌদা লৈ কংলে। অপানবীদি অহিং খনবন্নুং বারৌদে। গৌথন অ'স গুন্ননা খন্নবদি নিংথৌবু বাকোংহল্লে। লাই ওইরবী অগল লম্মনশি না নিংথৌগী মপোৎ-মচৈ মঙনা চায়যে। লাল্লবী থুপিদি চৈরাক ফ'য়ে। শিংগাযপাক্লা য়েয়ে। অসিবু তৌরবদি লাইনা যাদে লৈবাক থাথোকয়ে। নিংথৌগী তু ইবেম্মশিংগী মবুং মৌপা মপা মত্তোনশিংনা উনজগে হায়রবদি লুকনবী খোঙদা লৈহ্নুনা উনগনি। ফৈদানা চোথোক্কুনা ফৈদা যাউনা ফক্লাৎ মপানলোমদা লৈহ্নুনা উন-না রা হায়নগনি। কোন্নুং শঙ্গাই মন্নুংদা নিপা অমত্তা চংফরোইয়ে। লাইনা যাদে চৎনরোলনে খংঙ। অসিনা সুং ফৈদাদি থুপিনে হায়বনে। নিংথৌদদি তিনগৌংনা মমৈবু ময়ানা চিবত্নুনা লৈবহন্না লৈগনি খংও। মরম হায়নরবদি অসি লৈবনা হায়বনে খংও। হাউমচা শঙ্গাই শঙবদি মীওই ন্নুরবদি চংফদে। চহি ১২ গুরবদি লৈফদে।

লৈমা অঙবী-শিংগী মীক্টো

নিংথৌগী তূগী মখেদি ইবেম্মা কৌগনিয়ে। অমদি নাথাং হুঞবী, চিক্লশঙ হুঞবী অনিমক্তস্থ কৌগনি। লোইথোমশঙ হুঞবীবু ইবেম্মরেন কৌগনি। নীয়াইবিদা পিরকপা উল্লকপি চোংথা ফৌথারিবীদি পোৎলোয় কৌয়ে। মীরেম কৌবী নিংথেম মুবীদি নীযাইবিবু কৌয়ে। নীয়াইবিদি মোইরাং নিংথৌ নাইদা ১০ লৈমনাইগী ৫ চোথেগী ৫ বাইনেমগী ১ পুরুমগী ১ মোংশাংকৈগী ১ শেক্তাকৈগী ১ কোম্বাকৈগী ১ মথোয় অসিদি ইপী কৌয়ে। নিংথৌরেল খুদিংগী কৎলে। তূগী খোঙলোয় ওইনৈযে। মুলাইপাবি হাপ্তুনা খোঙশং মৈরিংবী ওইহল্লে। অম্নুম্না নাযয়ে। নিংথৌগী ইরুম খম্নেযে। খোংনা ফংবি কৌনৈযে।

হ উরৈমাগী লোইহা-খুন

হাউরৈমাদা লোইহা লোইকৎ তমযবদি মকেং, তুমা, তাতোন, তাকৌ, চীংদাই, হাউকু, হুইনিং, লমলাং, চীংশোং, লনহাং, খিঙবা, মারাম, তোরা অসিনচিংবা লোইশিংদা কৎলে। মিঙৌদি ইপী কৌয়ে অসিমস্তুং পোৎলোয ওইনৈযে। হাউমচা চরাংথেম্বা অমস্ন কৎলে। অহল লম্মন লাইওইবশিংনা চৈরাপ্তা ইহল পাউহন্নৈয়ে থংও।

অঙৌপানবা নীয়াইবীগী শিরোন

অঙৌপানবাগী নীয়াইবীদি অঙোমনাই, কোংবম নাই, মুমলেনবম নাই, হিদাম নাই, হোংনেমগুম্বম নাই, চকপ্রম নাই, চিঙ্গাংবম নাই, অম্নুম্না অঙৌ পানবদা কৎলে। অমদি লুবাংজম নাই, লাইরেন লাকপম্‌ নাই, খরিবম নাই, অসিদি লোংজম্না কৎকনি। অমদি পুথ্রনবম্না খুমম্নেম, মংশাঙাবম, নারেংবম, মৈয়োংবম, রাহেংবম, লাইম্বেনজম,

মাংঙম, খুরাইজম, কিয়াম, লাইশ্রম, হাউবম, ঙাংবম, লোথাম, পুংগ্রাইজম, ওইনাম, চিংঙাথম, পুয়াম অসিনা যুম্না ১৭ মা অসিন্থং কৎলে।

অরাম নুবীনা চংফবা

অরাম নুবীনা হিক্রুশং, লোইখোমশং চংফদে। [1]ফৈদানা চেৎনা শেনগনি, ফম্মাং হৈরুক্তি লৈমা ওইবী অহল-লম্মা শেময়ে ফৈদানা তাঙ্খোকনি।

ইবেম্মাশিংনা অনাশং কুম্বা

ইবেম্মাশিংনা অনাশং কুমদি ফৈদা থোড়শওবনা কুমহুনা শঙগনি। নিংথেম নুবী [2]খোংন ফংবী-শিংদি চুপ্পা থমনিং খম্মাং চৎপদা চৈশু পাল্লোই-নৈযে। অম্বগা শজাই ৪ মক্তা পিফেয়ে। লৈমা থূবী ফমলুপ্পা লৈমলেন অথোইবিদা মরূপ ওইয়ে। হৈ চনযে, খোংউপ কৎলে। য়িমজাউ মনিংদা শঙ ১ শাই মাহুনা নিংথৌ ৭ কী লৈমা ২গী ফান্দেং থানা থমগনি। নিংথেম নুবিনা [3]লালুপ কাগনি। নোংথিল কাবনে।

লৈমা নিংথৌ খুক্ষা চংবা

লৈমা নিংথৌ অনিবু খুক্ষমগে হায়তুনা লৈমা সিজ নচিংবী অমাম্বীনা লাক্লবদি শজাই অতুদা ঙাইনা লৈগনি। ফৈদা হাউমচা নিংথেম নুবি অসিনচিংবনা চঙতুনা হুঙ্গৎকনি। থোক্লক্লগনা উরগা খুরুমহুনা হায়জগনি।

[1]ফৈদানা—মীহাৎ মীপুলগী থবক তৌবশিংনা। [2]খোংন ফংবী—অহল ওইরবী। [3]লালুপ—শিফ্বা।

মৈদিংঙু নিংথৌরেলনা মপান্দা সনা খোংলেংলবদি ইপী খোংনা-ফংবি অমদি ইবেম্মা ঙঙ্গুনা-ফৈদা হাউমচানা থনগদবদি ইপীশিংনা ইনচমমৈ, মৈবুল নচিংবা থনবদি লাকতোন য়ৌনা থললে। হাউমচানা খুদৈশেন কাশেন নুংফৈ তানা শেকপিন অহু লাক-তোন্দগী লাকখোং য়ৌনা থনগনি। লাকখোংদগী শঙ্গাই-শেন্নবানা সনা শেকপিন, ডুলাইয়োইনা ডুলাই, নিংথৌ শেনবনা সনা খুদৈশেন শেনপোং থম্লে, সনা কাকোকশু ইল্লে। থোঙশঙবনা সনা কাংহাই সনা কাশেন, হিদাকফানবনা সনা খুদোং, মরোয় অনাম শঙনা ফিরোয়, থোঙ হিচাং, নাবমচৈ, হুমাই থম্লে। দোলাইপাবনা সনা দোলাই পায়ম্লে। কোংচিন্দা শেলুংবনা থম্লে। চাকলেন্দা শাগৈগী অঙম্বনা থম্লে। অঙমী অথৌদি সনা য়াথং নত্তনা থনফদে। সনা য়াথং ভাইনা থম্লে। সনা যাথং লৈরবদা কোল্লিন থম্লে। য়েংলমদি থনফদে। চুঙ, ফিরাল, পুং ইছৈ, শেন, পেনা, মোইরাং অসিনচিংবা মাগী মাগী থৌগল বাওনা শোয়দনা থনগদবনে। শোয়রবদি শেলুংবনা [1]কৈক্তমশংদা [2]কায়াং থমম্লে। মৈদিংঙু অপানবনা খোঙ হেন্দোক্লবদা অরাম্বা ফিদা থমগদবনি। পুখ্রনবা, নোংথোনবা, লৈকাই লাকপা ৪ গা শঙলেন লাকপা ৪ গা অমদি শিঁজগী মপাস্থং ফমগনি। অপানবা ৫ মাস্থং ফমগনি। অমদি ফিদ ফম্বদি মরৈ তৌনা ফমগনি। কাশেন্দি নাপানবনা পুগনি। কাকোক খাউনঃ ঙকশমদা য়ান্দুনা ফিদানা নমদা পুগনি। পুং ৭২ হায়রবদি পুখ্রন, নোংথোন, লৈকাই লাকপা ৪মানা ৬মানা পুং ৬ লুপথিরে। পুং ৬৬ নঙাইরে। ফমথৌ অপানবা লাই ৫ য়ানা

মৈদিংঙুনা মপান্দা খোংলেংলবদা ইপীশিংগী শিরেংব

১কৈক্তমশংদ = বন্দিশংদ, ২কয়াং = কাত্তনা থবা,

পুং ৫ মা অমুক লুপথিরে । চৌক্লিক মপান্দা পুং ৬১ অমা পান্দুনা চৎনরিবা অসিনে। হিরম অসি লৈবনা শরোয় ৬১ ফমথৌ ৬৪ হায়বনে। ত্তিন লাইগী থেরমদদি পুং ৭২ মানা মন্নুংদা লাইনা পুহন পুং থৈরিয়ে। পুং ৭২ অমনা লাইশোন ওইহনা তৌনরিয়ে। মী পোংগী পুংচৎতি অমনে। ত্তিন লাইনা অমনে। শিদবা কৌবা লাইনা খংহনোই হায়দুনা মনুংদা লুপলিবা পুংদি খংহন্দে । অদুনা মপানগী পুং ৬৪ মানা চৎতুনা থা ১২ মক্তি কাযদে। অসিনা চহি ৩। ৩ মক্তা থা অমমম হেল্লবনে। অস্লম্না শাবদনি। থাদি হেনবা লৈতেয়ে। নুমিৎ থা অনিমক্তি চপ লেপ্লবা অতাঙবনে খংও। হে মীওইবশিংও অসিনা মফম খংন খংন নাইহনা লেগনিযে হায়বদি অসিনা ফমাইবা তাম্নবনে। লাইগী ফম খংনা ফমাইরবদ মপা মপু ইচা ইগু পুম্নমক মাইফনবগীদক রাযেল চুম্না মফম নাইরিয়ে হায়হনা লাইরৈবাক্তা লাইনা চাম্না লৈগদবনে। সনা লৈবাক অসিদা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক নিংথৌগী লৈমগী লৈমরেন অনিমক্তা লৈমা নিংথৌ কোহনা মরোন অনি থৌখল কপা মচত্তি মৈদিংঙু গরিবনিরাজ নিংথেম মযাংঙম্বনা মৈতৈ লৈবাকী মীরোল অশেংবতনা অথোইবা নিংথৌশিংনা তৌরকপা থৌগললোনবু কায়হন্দনা তৌও হায়দুনা তৌরকপা মরোন্দি লৈমা নিংথৌ থল্লকপা লৈবাকী লোয়্‌ন-শিল্লোন্‌ হায়রকে ।



পাম্নহৈবা মতমগী শিরেন

মৈদিংঙু নিংথৌরেন পামহৈবা থোংনাং ময়াং ভম্বা শ্রীশ্রীগরিবনিবাজ নিংথৌরেলগী সনা হাকথক্তা নিংথৌরেন মথক্তী লাইওইনবশিংগী ফিদম খুৎথম্বু লৌরহুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী চৎন-শিল্লোনবু অমুক হন্না লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফমথৌ পুম্বা তিন্না খন্দনা য়ানখিরে। বারম অসুম্ববু অমরক হায়ববে [১]পুক্লিং পিনা নাত্তাউও। [২]ইয়ু মৈদিংঙু চীংঙু লাইওইনবশিংগী মথং লেংবা চৎলম্বু ইয়ু মৈদিংঙু খাগেম্বা মহাকথক্তা অমরক শেম্না চৎলম শিল্লোন্ ইরববু নিংশিংনা হায়রক্কে।

ফম্নাইবা অঙম-অথৌ পুম্বগা থোরম শীনবা

নিংথৌগী লৈমরেনবীনা পোকপা, অপানবি, লৈম-খুবী অসিনচিংবনা পোকপা নিংথৌ মচা মশুশিংগী মিঙ্গৌ থাগৌ ফমফম চাকচা খৈদাগী লমচৎ থৌখন-চিংবা অঙৌপানবনা ইংঙুশিং ফমথৌ ৬৬ নচিংবা ফম্নাইবা অঙম-অথৌ অযাম্বগী ফমফম চাকচা ফিশেৎ লৈতেং থৌগল্লোন্নচিংবা, চৈরাক্নচিংবা শঙ অযাম্বগী বায়েন থৌথা মিঙ্গৌ থাগৌ কৈরুংবা য়ারেবশঙনা শঙবাম্নবা ঙাম্বা খৈবিক্তা লোযন শিল্লোন অসিগী থৌথা থৌথন থাবা, পোথা শিম্বা, মনা মশাং য়াওবা হিদাক লাংথক থিন-হৌবা, কৎন-হৌনবা মচাশিং কৈরুংবা অনি অঙম্বা মরিমক্তা খৈদানা, নিংথৌশেনবনা হায়বা থৌখন মতুংইন্না থাইয়ে।

---

[১]পুক্লিং পিনা নাত্তাবা=পুক্লিং চঙনা তাবা। [২]ইয়ু=ইপু।

নিংথৌগী সনা খোগল তৌবদি

মৈদিংঙু নিংথৌরেনগী সনা খোগল তৌবদি লাইরূপা মহুংদা তৌয়ে। লৈমনচিংবি য়োইবু শলাই মাপল-মক্তগী অচানবী ১৫ লৈমখুবী ফমলূপ ১২ অচানবীদগী হৌনা কম হাপ্তুনা শঙদা থিনজিল্লে। হিদাক ফানবা হঞ্জবী হাপ্তুনা হিদাক ফানবা লোম্বশঙদা থিনজিল্লে। অমদি খুদৈশেন ফম্বী, কাশেন ফম্বী, কাকোক ফম্বী, নাক্‌থনবী, নাকশেনবী, ইমাও নাকশেনবী, ইমিড নাকশেনবী অসিনচিংবী ৭ না সনা খুদোং, খুদৈশেন, কাশেন, কাকোক, কাঙগাই হুমাই, শেনপোং, খুজেং খুজাই অসিনচিংবা খোগন পুম্মনা খল্লে। শেনাকফম্বি অতুদগী খোগন কায়রবি লাইরৈ শেংবিনা শেলুংবি মফম হাপ্তুনা শেল্লুংফমদা থিজিনবিয়ে। শেলুংবিনা খোগন অশোয়ব অডাম য়েংতুনা খোগল শোযবিবু শেলুংবিনা মতিক ওকপা মরান পিয়ে। মহাক্কী খোদাদা চংনৈয়ে। অসিনা খনবদি শঙ্গাই স্তম্মাং যৌনা খল্লে। অতুদগী হাউমচা শঙ্গাই শেনবনা খনলে। লাইগী ফমশীং শুনা মফম মফম ওইত্তুনা খোগল মশীঙ শুনা খল্লে। অসিনা কাকংবী, সেনলুংবী, হিদাক ফানবা হঞ্জবি, রাইতম হঞ্জবি, মন্নুং ফম্নুংবি, দোলাযপাবি হঞ্জবি শেলুংবি, ফৌকংবি, থুমলুংবি, ফিরুংবি, ভারুংবি শারুং হঞ্জবিনা লৈমখুশীবু খিজিল্লে। ইবেম্মশিং অসিদ মাগী মাগী কাংলুপ ১২ অসিনা ৩। ৪ না নোংমা (অহিং নোংথিল) দা খল্লে। অমদি টপী খোংন-ফংবিশিংদি মিরেন হাউরৈমানচিংবী খৈবিক্কা লাইগী মরোয় ওইযে। নোংডাল্লগা সনা খুদোং লাকখোংদা পূথোকয়ে।

হিদাক ফানবগী শিন্নোন মথৌ

হিদাক ফানবনা অনামশঙনা মহী হোংদোকয়ে, চন্নশিলয়ে ।

কাকুংবিগী শিন্নোন মথৌ

কারুংবিনা মনা কা লুংবা পানৈয়ে । খুনচা লাইচা অনিমকপু পানা কৌয়ে, পানা ৪ শুহল্লে । হিদাক ফানবা পোৎশংবা অমনে শেলুংবিনা [1]লোল্লৈ, ফিশেং লৈতেং শিন্নৈয়ে ।

শিন্নাইবগী শিন্নোন মথৌ

শিন্নাইবনা লোইশং পান্নৈয়ে। লূক হৌবদা চেং, য়েনশাংদা নাপি য়াউবা, শম-না য়াউবা যেংঙে । মনুং ফমলুংবিনা খুদা ফিদা থাইয়ে । মোন্দুম মোম্মেকস্তুং থাইয়ে । য়াঙ-খাং মোনপাক্তি পোৎশংবা ফুরিং শাবনা থাইযে। ফিরুংবিনা পান্নৈযে । ফিকুংবীনা ফিরোই, অনামশঙস্থ পান্নৈযে । চুলাইপাবি হঞ্জবিনা চুলাইপাবী লোযশঙ পান্নৈয়ে । চুলাইরোইস্থং পান্নৈয়ে । শেনবা হঞ্জবিদি ফৌরুংবিনে, হঞ্জবিনা ফৌরুংবা, বায়তৈ লমতৈবা কয়াগী চিরা ৪ মক পান্নৈয়ে ।

শেলুংবিনা নিংথৌ শেনবা, কোনশা-লিকশা, পুকৈ পান্নৈয়ে । থুমজাউরুংবিনা থুমজাউ লুংবা, থুম, থাউ পান্নৈয়ে । ভারুংবিনা ভারুংবা [2]পান্নৈয়ে ।
শারুংবিনা শগোল শামু যন ইরোই লুংবা পান্নৈয়ে । লৈমথুবী-নস্থ পান্নৈয়ে । অম্নুমা লাইগী শঙ, লোয়শঙ, মশীভ শুনা ফম হাপ্তুনা পা-নহল্লে । ইরুংবীনা ইরুংবা পান্নৈয়ে ।

---

১লোললৈ-চোয়া শাবা শমজিরৈ । ২পান্নৈযে=মথৌদা য়েংশিল্লে ।

নিংথেমনুবী-শিংগী শিন্নোন

মৈদিংঙু নিংথেমগী য়াতাকম, য়াথোককম, য়াহিপ-ফম, চাকচাফমচিংবা নিংথেমনুবী অপানবি [১]লৈমখুবী লৈমলেম্মচিংবী অয়াম্বা থৈবিরা তৌগনি। লাইনিংথৌ নিংথৌরেম্দি য়ুমজাউদা য়াতাকমনে, কংলাদি য়াথোকফমনে, শঙ্গায়-দি য়াহিপফমনে, চাক্তাফমনে। মফম অহুদা লৈমলেম্মা থৌগন চংয়ে। কাংথোন থাইয়ে। ফমজাউ শেময়ে। করিগুম্বদা অপানবিনা থৌগন চংবস্ম য়াই। অতে তু অযাম্বদি চঙফদে। লোইথোম-শঙদা ফম অমা শেমগনি। লৈমখুবিনা থৌগন চঙগনি। হিরু শঙদা ফম অমা শেমগনি মতুদা থৌগন চঙবদি অপানবিশিংনা চঙগনি। য়ুমজাউদা ফমজাউ থাগনি। লাইনিংথৌগী ফমনে। মৈদিংঙু কৌনা য়াহিপয়ে। য়োইবুরেম্ম চিংবা [২]নিয়াইবী অয়াম্বিনা পুংলৈ খেনলৈ যেংনা পুংথি-খেনথি খঙনা থৌগন চঙয়ে। শোয়ফবা য়াদে। শোযরবদি লাইগী ব্রারক থৌ-পাউ তৌয়ে। মমা মন্দোল য়োকুচ অসি থৈবিরা অশোযবা মী অহুবু শিঙকায়পাক্কা যৈয়ে। থৌগন শোযফদে। য়ুমজাউদা লৈহুনা নিংথৌগী থৌগন অয়াম্বা যেংহুনা পান্নেয়ে।

নাথাং হুম্ববিনা ফি, থাউ, ঘি পোং পুন্নমক তিম্মা শঙ চংহুনা পান্নেয়ে।

হিরু হুম্ববিনা শেনলোই পান্নেয়ে। লোয়থোমশঙ হুম্ববিনা লৈমলেনগী মমা মন্দোন ওইয়ে। [৩]লাই ওইরবী য়োইবু

১ লৈমখুবী=নিংথৌগী তু অতোম্বী। ২ নিয়াইবী=নিংথেম নুবী। ৩ লাই ওইরবী =অহল ওইবী, অকায়বা চত্রবি।

য়োইহৈনচিংবী পুন্নমনা তিন্ননবা শঙ্গাইগী নোংপোক পাংনা চৈরাক-শং অমা শাইয়ে। মতুদা নোংঙাল্লবগা মাগী মাগী মশিল হিদাকফু ফিদা থাইয়ে। ফমতুনা রায়েল তৌয়ে। অসিনা অমুক নোংঙাম্লবগা চৈরাক্তা পাউ তৈন্নেয়ে। থৌগন শোয়রবদি ফাবৌয়ে। শোয়বা থোকপা অতুগী বিচার তৌনৈয়ে। লোই থাবা থোক্লবদি য়ুমজাউদা থাযে। [1]মরুম মহুই নাইবা মীদি য়ৈতুনা তাম্থোকয়ে। খোংনফংবীশিংনা লাম্না লঙজররবদি শিঙকাইপাক্কা য়ৈয়ে। মরিল মহুই নাইজরম্লবদি নাই ৫ লোয়ে। শরুক ৩ ওইনা য়েন্নে। অমদি নিংথৌদা কৎলে। অনিদি লাই ওইবি [2]যোইবুয়োইহৈবীশিংগা কৈদাগা য়েন্নেয়ে। নীয়াইবীনা নিংথৌদা কৎলকপিশিংদি মুমিং ৫ নি য়ুমজাউদা লৈয়ে। লৈত্রবা মুপিদি নিংথৌগী তূ শীঙদা চন্দে। যিমজাউ য়িহমদা কোরি শাচৈ অরোংবা য়ান্নে। মুমিং ৫ নি য়ুমজাউদা লৈয়ে। মী শীংপোল য়ান্নে। যোংখোক, শীং-জঙখোক য়ান্নে। ইশিং চাইবগী ফম্বিনে। সনা কাদি শঙ্গাইনে, নোংলোন ৯ মক লৈয়ে। মাতুনা লায়নিংথৌনা নিংথৌ অপানবা নিংথৌ অথোইবা কৌতুনা সনা শঙ্গাই মনুংদা লৈবনে। লৈমলেন্না অহিংদা থন্নে। অপানবিনচিংবা ইবেম্মশিংনা নোংথিলদা থন্নে।

মওম পুবগী শিন্লোন অমদি

লৈকায়গী থৌগন্দি লাইগী ফরান রায়েন্দা পানা পথা শঙলেম্না ঙমগ্নে। লাইশং শাইয়ে। সনা শঙ্গায়নচিংবা অয়াম্বা শাইয়ে। উ পামনৈযে

---

[1]মরুম মহুই নাইবা=ভুগীনামিংথোং নম্ভনা থেংবা। [2]য়োইবু য়োইহৈবী=মথাং ক.রকপী অফবা লখী তাঁমকপি নিংথৌগী ইবেম্মশিং।

থাকন অচৌবা চপ্লেয়ে। শাবা লোইন্নগা কাংথোল শাজম পুবা মথৈ পুনৈয়ে। পরিঙ লাংশঙম্নং হুন্নেয়ে। লম ওল্লে। য়োইবু য়োইহে পুন্নমাগী লাইতিনগী থরাই শাই। শগাই শাই। সনা থোংলেংলবগা য়োং থাং পুনৈয়ে। দোলায়রোই পনলুংবা মরোয়গা লম্বেল থোং ফঙবা শেমহল্লে। খুল্লক লৈরক-য়ুমফম কৈফমগী বায়েল তৌয়ে ন্‌িংথৌনা পাং পিজৈয়ে। লৌ, থুম চাহল্লে। মথৌ কোকপিয়ে। শঙশারোইদি থৌগন নত্তে, অনৌবনে। নিংথেম অহন্না শঙযাম ১৩০ শাবদা শঙ অমমম শানৈয়ে উ রা পান্নেযে। শঙশা লুকশাগী থবক্তা পাংথক মান্নবা থাযনৈয়ে। থৌগন মশিন থারে। পয়া রাচেং হুমদাং থাংয়ে। উচিবা য়াল্লে, হি হোল্লে। ই হোন্নৈযে, রা থোং পান্নেয়ে। যাত্রাদা মঙম ও [1]ফৈ, শুমজিং থাবৈ শানৈয়ে। লাই তিনগী শঙ শাবদা মচাক তাল্লে। লফূ য়াল্লে রা থোঙ পায়নৈয়ে। নিথৌনা লৌ পাং থুম পিজৈয়ে।

উরুংবগী শিল্লোন

উরুংবগী থৌগন্দি লাই তিনগী উ থোক রা থোক ই লোয় পান্নেয়ে। য়ুমচিনলোই, হুমাইলোই শিন্নাইবা উশাবা মৈতৈ হিশাবা ময়াং হিশাবা মোইযেংবা যুম্ন্রে লৈকাই শংশারোই অয়েকপা পাইজপুবা থুংহৈবা য়ুমজিন অসি পান্নেযে। রা কনশিন্না পান্নেয়ে।

কয়রোইগী শিল্লোন

কয়রোইনা য়োংথোক থাংথোক পে-থোক্লচিংবা অসি কৈরোয়না কংলে। থোক্লম পান্নেয়ে। ই-থাম লৌয়ে। শঙ পুন্নমাগী মচাক থাঙয়ে। শারিবা

---

[1]ফৈ-ইনা, চরুনা কোয়না থৌরিশুম, শাবা ফৈজা।

পোৎ পুম্নমাগী শাবি শাবিবা মী খুৎ অদুগা লোয়নহুনা লাক-খোংদা চৎলে। নিংথৌগী লৈমগী শাবিবা নাচৈ ম্বৎপু ফিশা তেম্নচিংবা পুম্নমা লৈমা শেনবনা তানলে। উ শূবম্মুং পাৎ পিজৈযে।

অয়েকপগী শিন্নোন

অযেকপগী খোগন্দি খামেনচপ্পা উচপ্প্‌ য়েকয়ে, খামেন চপয়ে। ফান্দোং শাই, ফান য়েবয়ে। অয়েক-অখোং পুম্নমা তৌযে।

নান্দৈবগী শিন্নোন

নান্দৈবগী শিন্নোন্দি ইরোই শউন খোয়ে। নাকথং তিংয়ে। পুকৃলি মাংলে। তেন্দোং তুইয়ে। শনম্‌ তিংয়ে। ইবোই শউন্না চঙবগী মখৈ তৌয়ে।

খুৎহৈবগী শিন্নোন

খুৎহৈবগী শিন্নোনদি লৌরুং ঈৎপা, তেম্না-চনবা, টাখোক চুম্বা, তেংনা হুমাই শাবা, তোংজৈ উতোং য়েকপা, হুমাই য়েকপা, তরোং তমং শাবা নাৎচৈ, ম্বৎপু ঈৎপা, তেম ঈৎপা, পজেং তুম্বা, উতোং মচিন-তুম্বা, অরংতৈ, অরুবা, ফিরালগী মরু শাবা, চামি ওনবা, চা ভয়বা চা ওনবা চমেন হিংঙোন তকপা অসি পুম্নমা তৌয়ে। সনা খোংলেংলবগা শঙ্গাই তানা খোগল ইন্নে।

ময়াং হিশাবগী মশিল শিন্নোন

ময়াং হিশাবগী খোগল শিন্নোন্দি সনা হিরেল য়ানবদা শিঙজং হান্না থাইয়ে। হাংমৈ ম্বাল্লে। উ ককয়ে। য়োইবু য়োইহৈশিংগী তরেং শাইযে লাইরিকফান শায়ে। মথুম মিংশেল উকম চম্নেয়ে। উপু শায়ে। উনা শাবগী থবক খৈবিক শূইয়ে।

শিন্নাইবা হুমাইলেন্‌গী শিল্লোন্দি [1]চোঙবং খরাই মাইখল চপয়ে, ফক চপয়ে, চেংচামলুক, য়েন্দাই, হুমাই, শিযাইলুক, ফিয়ালুক মিতমশিয়াইলুক, লী-ঈংপা, লোইল্লে শাবা, লৈরেন লৈচাউ শাবা, লৈরেন লুথক শাবা, কাকলৈ তোনচেপ শেম্বা-শাবা, মৈহুম উতোং য়েন্দুফাবা, [2]মোইমিং লালু য়েকপা অসিনচিংবা তৌয়ে।

শিন্নাইবা হুমাইলেনগী শিল্লোন

থাংশা পানাগী থৌগল শিল্লোন

থাংশা পানাগী থৌগল শিলোন হায়বকে। টাখোক, লম্বুখোক, লীরুং, নোংমৈখোক থাঙয়ে। নুংফান থৌযে, নুংচাক থাঙয়ে। নোংমৈগী মচাক হাল্লি। মৈতাল যান্দুনা কৎলে। থাঙযে। থাঙশাবা নাযয়ে। মৈতানলোই থুংহৈব অপানবা ফেঙবা পান্নেয়ে। মমুংদগী থাঙ হৈক্তাং কাতিনচিংবা ফৈদানা থাবগা শেৎযে। লৈশা শেনবনা চল্লে। ককচিংদগী য়োং থৌযে। মনা খোংলেংলবদা থাঙ শাবা, মৈতানলোই, থুংহৈবা অপানবা ফেঙবা, য়োং, লীরুং, তেল্লা, চুঙ, থাঙ, শীঙজঙ, হাঙৈ, তোক, যোৎপি, পুনা, নুংথং, হোরায়, নোংমৈ মক্ক অসিনচিংবগা লোয়ননা চৎলে। লানফমদা নোংমৈ মক্ক চললে। য়োৎপি, থাঙপি, কোনলু, থাঙ থাঙয়ে, উশংগী য়োংখোক, থাঙখোক থোথাং পান্নেয়ে কৈরোযদগী উ, বা য়াল্লে। লীরুং থাঙয়ে। কৈরুংবা য়ারেকশঙদগী তেকৈ তাল্লে। টাখোক থাঙয়ে। কাক তানবদা চুঙ, ফিরাল,

---

১ চোঙবং খরাই শাবা=দোলাই মখক্তা খরাইতুন্না শাবা। ২ মোইমিং লালু য়েকপা=চুঙদা মী, শাগী মমাই মখিং য়েকপা।

থাঙ, টা লাংপা য়াউয়ে। চুভ ফিবাল কমথময়ে। শিল্লো-ন্দি পুরেম্না খাইজ ২ কৈরুংবনা খাইজ ৪ মৈতাল থাবনা খাইজ ২ যোৎ পা-নবনা খাদ খাইজ ২ খুন অহুমগী পাউদম খাইজ ২ অসি চায়য়ে। লাইরিক ইবদি কৈরুংবগা মান্নবা চাযযে। খুন অহুম্মা পাউদম চায়য়ে। ককচিংনা নুংফাল য়াললে। যাল্লিভৈদা মপোৎ কায়বি পান্নবনা নুংফাল পুইযে।

থাঙশাবগী শিল্লোন্দি

থাঙশাবগী থৌগল শিল্লোন্দি সনা খোংলেংলবদা নুংথং চেগপ পুহনা থৌগল ইললে। কযরোযগা লোযনহনা চংলে। থাঙফেঙ-নুঙ য়াম্লেয়ে। মৈফমদি

অঙৌপানবগী

অমা, মচা ইবুংঙোগী অমা, অসি পিযে। অতৈদি পিদে।

ফৌরুংবা, চাবানন্নবগী শিন্নোন

ফৌরুংলেম্না সনা চিন মেল্লে। চাবোম্না চল্লে। কয় পান্নেযে। লৈবাক পুম্নমাগী ফৌরুক যাইযে। চেং ফৌ যেলযে। চেংপাক কবোকতি থা ৬ যাই। কুমগী খুৎপাই চময়ে। কুমগী চনৌ কযরোযনা কৎলগা উতোংচাক চাযযে। কয় নিংঙোনবিনা লৈমলেন্দা চনৌ কৎলে। চাঙান চানভৈয়ে। কয়রোযদা কয় নিংঙোনবিনা থুম পিযে। লৈমা নিংথৌদি যাজবদা থংয়ে। হুংঙাইনা, তিনগোং লাইস্লানা তৌবগুম্না লৈমিন্নেয়ে। লৈমলেন নিংথৌ অথোইবা অনিমাগী নুংঙাইনববু তাইবং পানবা মপুনা থৌরাং শৌনবিহনা নিংথৌ অপানবা তোননিংথৌ ওইহনা পালহল্লিবনে

লাইগী মতিক্তি হাইনিংঙাই লৈতে থংও। ফোক্লুংলেন, চাবো নলুংবা অনিমক্তা নিংথৌনা পিজবা পোৎলমদি নিংথৌনাই পুরেন্না ফোগাক ফো চাং কোং ২ বায়জরমপোৎ ১০ লৈম-নাই পুরেন্না ফো চাংকোৎ ১ থায়রে। বাজরমপোৎ ১৫ লাইরিক ইবগা ফোক্লুংলেনগা অনিমক ফো চাং কোৎ ১ রাইজরমপোৎ ১০ চবোন নহানা পোৎ ৩০ বাজরমপোৎ ৫ লাইরিক ইবনা খুৎপাই চনবগী, ইবগী ফোবোংতা শেনচা ২ যুপান্নৈয়ে, ইক্লুংবনা কয়না লালুপ কাহুনা ই কৎলে। লালুপ কায়রে।

পাংচগী লোয়ন শিল্লোন্দি নিংথৌনা সনা থোং-লেংলগা থোগল ইল্লে। কয়না পোংচৈ কৎলগা ওকরে। শঙ্গাই যম্মাং বাই তৈবা চঙয়ে। সনা থুদোং মতক মখোং খেৎলবদা ফুরৈন্দ্র চিংযে লালুপ মৈপাউ চেল্লে। থেঙ্গৌ হান্না শাইরে। লমজেল হান্না চেপলে। নিংথৌ শাগৈ যিম্মাং—কৈমাংবা পাউ চেল্লে। যিমজাউ নাউদা কৌখৎলে। মবুধৌ পাথংবা সনামহি চীংঙু লাইগী থাঙ ফাল্লে। সনা থোং-লেংলবগা চকথাং থোগন খল্লে। নিংথৌগী লৈমদস্থ খললে। নিপা নুপী বায়েল তৌযে।

পাংচগী লোয়ন থোগল শিল্লোন

মাইবশঙ অহুমকী থোগন শিল্লোন্দি সনা থোং লেংলবদা য়োইরেন্না মকম লিংখৎলে। অহৈবনা তেংথানা লাই ফত্তবা তিনমু লাইগু তাম্নোকয়ে। মাইবা নাহানা তিনমিং লাইমিং শোন্দুনা বোম্বা য়াইথারবগা

মাইবা শঙ অহুমগী শিল্লোন

নিংথৌনা ফময়ে। মন্নুং অপিশক অচৌবা চঙযে। অঙ্গগা যাহিপ তাইযে। সনা মৈতৈ লৈবাক অসিগী ফনববু চৈংঙ্‌ লাইনা তৌহল্লিয়ে। লৈরোন ৯ মাদি লাইনে, নোংলোন ৯ মাদি তিননে। লাংযেন ৯ মাদি মীনে। মীনা মী পোকযে। শলাই ৯ মানা পোংনে, পোংদি পাংচ শলাই শঙনে। মীদি মাইবা লোইশঙনে। তিন্দি অছে-তেংথা শঙনে। লাইদি যোইবেন নামুংনবা শঙনে লাইদি নোংলেন ৯ মক্তা লাই ওইনা কাখিরে নোংলোন ৯ মক্তা লৈহল্লে। তিন্না লয়রোন ৯ মাদা চংখিরে। লয়রোন ৯ মাদা লৈহল্লিযে। লাই ২ মা তিল্লুপখরে। মীপোং ২ মক্তা পালহল্লি। চৈংঙ্‌ লাইনা মমিং থোনবিবনে। লাইমিং তিনমিং তাকপি-তম্বিরে। হৈহন-শিংহল্লে। উহন-থংহল্লে। লয়রোন ৯ মাবু তাইথংহল্লে। শলাই ৯ মাবু পালহল্লিয়ে। মাইববোন ৫ মা কৌনা চৈংঙ্‌ লাইনা অমরক মমিং থোনবিরে। কোংবা লযথোঙ ফাংহললে। শচিফু লয়থোঙ যুলহল্লে। কুমজা নৌহৌরে, থাজা তেকহৌরে অম্মা চৈংঙ্‌ লাইনা মমাইবা ৫ মান। চিংহন্দুনা চুপশা মোইথেম নাইনা লাই-শোল তিনশোল শোলহম্মা লৈবাক মরা চেংহন্নে। নোংথৌ মরাঙ কায়হল্লে। সনা মৈতৈ লৈবাক্তা অশি অনা লৈহন্দনা শাথোঙ লানথোঙ থিংহন্দুনা নুংঙাইনা মরাং কায়না কুইনা শাংনা অহোঙ অচাউ থোক্না মুপি নিপা ২ মা পুক্নিং লৌশিং থোক্না হয়াউ তরাম্না ফিশেং চাকচা বাঙনা পালহল্লে। মমাইবা লোইশঙনা সনা থোগল লোন্‌ চৈংঙ্‌না তাকপি তম্বিহনা

তৌহল্লবগী সনা খোংগললোন্দি অসিনে। অসিবু তৌদরবদি লৈবাক ম্নুংঙাইবোই বাগদনে হায়না লাইনা হায়রম্বা রানে অসিবু তৌদ্রবদি থরাই ৫ মা তরগনো হায়রময়ে। চৌংভু লাইগী রাখংনে। চৌংভু অতিয়া শিদবদি খোইয়ম লাইনে। চৌংভু মমিংনা মরোল ৫ মাবু তূই হায়বগী ভুবি কৌয়ে। মম্নুং মপাল ফাউনা পাল্লে হায়বগী ম্নুংপাল কৌয়ে। অমদি শলাই ৯ মকপু তানা পোকয়ে হায়বগী মমিংবু ম্নুংপাল লুরাং শম্বুবা কৌনা চৌঙু লাইনা কোলোয় থোনবিয়ে। অসি লৈবনা লুরাং শলাই য়াম্বা ম্নুংপাল পাংচ-হুকপা হায়না চৌংভু লাইনা কোলোয়নহুনা হৌজিকমক্রা ভম্না কৌনরিয়ে। চৌংভু মতিক লৈববু থংন থুংতম ওইনবা সনা হিরেন মনাউদা ম্নুংপাল লুরাং [1] পুদাংকু খুংকোয়বগী মকোক্রা তোংহল্লিয়ে অমদি নিংনা উরিবা থুংতমনে। খোইয়ুম শিদবনা হিনাও শাবেদা হায়না ঈছে ওইনা শরেয়ে।

হিরু হিনাউ শাবগী শিল্লোন

হিরু হিনাউ শাবগী লোয়ন-শিল্লোন্দি শমু মথুত্তা শামূ মডুন, শামু মতিঙ, লাইরেন মহাউ, মশীংখা, মরু, মমিং, কৈনডুল, খুজিল, মহাউ, মথা, ময়া, নরৈ, মনা, নাকোং, মমিং, ওক, শজি, শঙাই, থারিশা, শনম্ব, থেঙ্গু, রাইথু, অসিনচিংবা শারম ঙারম অয়াম্বগী মরু ময়া, মকোই, মডুন, মমিং, মহাউ, মশিংথা অসি থময়ে। উচেক রাম্না অয়াম্বা খৈবিক্কী মশা, মতু-মমান অয়াম্বা। ঈশিংদা হৌরিবা, ঙানচিংবা লৈরিবা অয়াম্বা খৈবিকমকম্ব থাকপা লৈতনা হেন্নাক

[1] পুদাংকু, খুংকোইবা=লুরাং গুরু পুনশিবগী ময়াম্বা, থবক ভু-নোম্বা হৈতবা।

অরিবা অসিনচিংবা শুহনা হিক্ক হিনাউবা. ঙাকুংবা অসিদা পুম্না থুমযে। অদুগা মখোয়না থাঙয়ে। সনা চিন ঙা খল্লে। লাই তিনগী ঙা থাঙয়ে। লং নত্তবা থৌরিম্বুং তায়য়ে। মৈতৈ অছেবগা পেনা খোংবগা অনিমা অমত্ত ওইনা সনা থৌগন ফম্মাং চঙবদি য়াকৈবোন চঙয়ে। ফমথৌ মছিশাংনা খঙয়ে। থুদম ওইহৌয়ে। লাই তিনগী ঐগ্র শকযে। সনা লমওক শকযে। তেংথা অছে অযাম্বা শকযে। [1] অহিং যাওন য়ৌনা শকয়ে। [2] লংমাই খোনলোন শকয়ে। মীকোন থাকোন শকয়ে! অস্থূম তেংথা লিয়োনছে অযাম্বা শকয়ে।

হাউপাম্নবনা, চীংশাং লম্‌না শঙম মশীঙখা লাংহৈ মথিবোং মকে, শারাম, যে-নখৎ, য়েলাইচি, লৈখাম শনচেং শানবা যাং-গেন, চমেন, উশোংতু, মযাংঙ্কাক মতু, চীংথ্রাউ, য়োবশোঙ সনা শঙ্গাইগী, পরিঙ্গী যাইরি মদিংলী হাউপাম্নবনা পাম্লেযে। উরীকাং উথাউশূক, তেমগা কোন্নবা যেৎপু, ফিশা উতোং, উথাউগী মথৈ হাউপাম্নবনা পাম্লেয়ে। অসি খৈবিকমক খোংলোয়দা পীহনা খোং-লোযনা থাঙযে। মরীংঙ্গীদি উরুংবদা পিয়ে।

খোঙলোযগী শিল্লোন্দি নাপী শীঙবী, নাপূ-নাশেন্ন-চিংবা থাঙযে। শিদ-লৈ, নাদ-লৈ লৌতৈ, চাতৈ, পুংফাই, উ খোক, বা খোক, তাইবেন, নাউহিং মুকথ্রবী, উশিংশা, লৈখাম যেনশিল, য়েনপোং, যাঙ্গন, হাউনা,

খোঙলোযগী শিল্লোন

[1] অহিং য়াওন্‌—হিকপ খোকপা। [2] লংমাই খোনলোন=নোংছাল্লবদাই উছ

ফোলাং, ওকহিদাক, হোঙলু, নিংথৌখোংলি, তেনহৌ ( তিলহৌ ), চনম অসিদি চকপা, কৌক্রক্সা কংলে। মরোয় পুন্নমা মখোযনা খাঙনা কংলে। সনা কাংক্রকস্ন থললে। সনা য়াথং নীঙশেনবনা হাইদোক্লবগা পাখোন চংলে। খোঙলোয়গী লোয়ন শিল্লোন্দি অসিনে খঙও।

পনলুংবা মরোয়গী লোয়ন শিল্লোন

পনলুংবা মরোয়গী লোয়ন শিল্লোন্দি পানা ৪ মানা পিত্নুনা থল্লে। পানা অমনা মী ১০। ১০ থোক্লা মী ৪০ না ওইনৈযে। ১০ অমনা ঈথিং পম্বিং ঈথৈ লৌখোং লমবেল খোং কয়রোয হিদেল ৯ মক্তা ফত্ত-হৌশি যেংয়ে কয়রোয়না চাক থাঙযে। মী ১০ অমনা খুৎচুম পেরে পিযে। শোয়রবদি নিংথৌফি-ময়েক লা-দে থামেন চপ্পা মচু যত্তে। অসি শোয়দনবা তৌহল্লে। লাই শিদবা, ঈরৈমা লৈমরেন শিদবীগী পনলুংবা মরোযনে ( মরুপনে ) লাইগীস্ন থৌগন্নেযে।

তখেন পুংয়ৈবগী লোয়ন শিল্লোন

তখেন পুংয়ৈবগী লোয়ন শিল্লোন্দি না-কা-না য়ৈযে। লাংতে পুং য়ৈব্লে। শেন যৈযে। চারন মরা শেৎতুনা চুকোই শাইযে। পাঙন্না পেরে লাউবি খোংগনি। নোংমৈ কামার থায়যে। শা-লান, লাই হিংচাবা ফত্তবা থৈ-বিক চেলহনগনি। শাঙম-লানঙম্নবা পূঙ য়ৈবনে। পেরে লাউবি খোংলিবনে, নোংমৈ কাপ্পনে। মখোন মরোল থোকহনগনি। সনা খোংলেংবদা মোইবুং খোংগনি। তোলাউবী খোংবনে। পেনা

খোংগনি। আরাম্মা চৎলবদি না-কা-না যৈগনি। যনগী মণ্ডন যাল্লে।

পা-না খাঙবগী লোয়না শিন্লোন

পানা-খাঙবগী লোয়ন শিল্লোন্দি সনা চিন পানা চললে। পা-না উপ্পা মখাঙযে। উরী পা-না খাঙবা, পুলৈ মানবী, লৈশং, উ অখাবা, যাংলি যোইবু যোইবৈ পুম্নমাগী ফি যান্নবা যাইরী, শঙ্গাইগী পরিঙ্ক মফৈ য়ান্নবা য়াইরী অসি খাঙযে। পুলৈমানবী পা-না খাঙবা, উরী, উ অখাবা, যাংলী অসিদি মাইবনা তনজা চন্দুনা মখোযনা খাঙয়ে। ফিযাল্লীদি উরুংবনা চল্লে।

খোইরুংবগী লোয়ন শিন্লোন

ঈরম ঈপান তাবশিংদগী কোঙপ্রন থোযে হি খোই-রুংবনা কুমশৃবীদা শিন্নেয়ে। নুংঙৌ শুম্ন তম্বা মথৈস্থ মখোযনা তৌযে। হিচাং শঙ্গাই শেনবনা পরেংদগী ফিরাল লাংমৈ থোয়ে লাই যনস্থ থোয়ে। হিচাং ওকলুংবনা ওক্লোই মথুত্রা ওকথহন্দুন ওকপান পৌয়ে। খোইরুংবনা খোইবান মতমদদি ওকপান চৎলি।

কাংগী লোয়ন-শিন্লোন

কাংগী লোয়ন শিন্লোন হাযরক্কে। যাঙৌ, শামু নমবেন, খে ভিঙনবা খে উতোং, কাঙ্গু, শাক্তৌ খোম, মাইয়োকফা, হৈনাকোন্দোন, উরী শেপ্রে, পিয়ান লংকাই, পোংবরা, উরী সুকাম্বী, উরী অখাবা, কবোখজি, যাশংচা, কবোথুন অসি খৈবিক্তি পোৎশংবনা চৎলে। অতৈদি মখোযনা তৌয়ে থংও।

ক'বা নিংখোংগী চাংকৎতি

কবো নিংখোংগী চাংকৎতি ফিদ', ফিপোং অডোবা লেংবান্দা যান্না পুইযে। শেনগী ক্বাশেন মনা পানবা খুদিশেন পুইযে। চোঙ অঙাংবা পুইয়ে। হুমাই, থাঙ পুইয়ে। পোংচাদি পলেনদগী কৌপোং ৬০ ফংজৈয়ে। য়াইচা লমপোং ৭ চাযযে। থুনপোং ১ ফি ৬ ফংজৈযে। খুদৈ পানা ৪ মক্কী লোইচিন ৮ চিললে। লোইদি পনলে। থুমথোং পনলে। কবো লৈকাইগী মনু লমশাং চায়যে। ফম্বাল কাবদা শেন-পোং পুইয়ে। খুদৈগী উন্নুংতা খুলাকপদি ফিদা ফিপোং, শেনগী ক্বাশেন মনাপানবা, চোঙ অডোবা থানলে। থুম ৩০ চায। লোইফমদি আইমোন মন্নুলম, পান্নুলম।

লুপ্লাকপদি ফিপোং অশংবা, ফিদা, ক্বাশেন পে থাল্লে। লুপ্লাকপা ৪ মাকী লোইচাদি খোংথাং চায়যে। উন্নুংতা খুল্লাক পনচি না খুল্লাকপা ৫ মানা ফম্বাল কাবদা সনা কাংহাই থাললে।

লৌরুংবগী শিল্লোন

হোজিক্তি লৌরুংবগী শিল্লোন রা হায়বক্কে। লৌরুংবগী শিল্লোন্দি লৌকোক ইবা চৎলমদাইদা সনা থাদা খুরুমলৈয়ে। কারক্রবস্নুং খুরুমলৈয়ে।

লৌকোক ইব-শিংগী পোংচা

লৌকোক ইবশিংগী পোংচাদো অমরক হায়রক্কে। লৌকোক ইবশিংগী লৌ পরি ১ শেন চাযা চেগীগা লাইরিক ইবগীগা শেন ৫০ নে। লৌ নীনবদা পরি অমদা উরেংগী শেন চামডা, লৌথাবদা শেন লিশিং অমা লৌপীদা লিশিং অনি। পীবা য়োনবস্নুং লৌযে, চাকৎ চায়যে। পোথাং চৎলে। লৌ-হু ফংবদা লৌ পরি ১

ফোংপোং ৬০ নিংথৌদা কংলে। লৌক্লংবনা শেন লথা অমা লৌয়ে। লৌরুংববু খংন-চৈন য়াদে। সনা য়াথং লৌ শুনজবদা লৌরী য়ায়া লৈবা হাউরৌ পরি ১০ দা লৌরী খায়য়ে। তম্পাক লৌ ১০ শঙম ২ খায়য়ে। লৌ মুম্নববগী ফৌ খোইখোক্লবগদি খরাই হাংলে হায়বগী খাকোং নাই অমা লৌয়ে। উরোং শাংলবদি ইরোই অমা লৌ'য। চাকচাদি লৌকং পুরেন অচৌবনা ফৌ চাং কোং ১ পানা পুরেন্না চাং কোং অমা লৌকংবা মচা পুন্নমানা পোং ৩০ অসি চায়ে।

অঙোপানবগী ফম্বাল বাঙোন শেনখায়

নোংবাল অঙৌপানবগী ফম্বাল বাঙোনগী শেনখায় শিল্লমদি মৈতৈ লৈবাক্কী থৌগন মীকোক অমমমদা শেন চামণ্ডা লৌয়ে। চৌংলোই তম্লোইদি অঙোমগী মথৈনা তৌয়ে। পাংতি মতিক যেংনা লৌয়ে।

তমফা খুরাই লৈমগী বাঙোন শেনখায়

তমফা খুরাই লৈমগী বাঙোন শেনখায়দি অঙোম শলাইগী মথৈ শেন ৩০০ লৌয়ে। মশিন চঙবদি লিশয়া চঙএ, লী শাইযে। শুননবা শূমবন্দি শূক যানস্থ অম্রোনা কংলে। চাপোক ফান্দি শামু শানা য়েকয়ে। খোমযিন ফান্দি শঙাই শানা য়েকএ। মশিন বাঙোন পুন্নমা চঙযে। নিংথা নাহোংদি খুননিংঙোনবীনা শাইয়ে রাংলেনবয়া সনা লীকফক শাইয়ে। তৌ-দি কোংবদগী য়াম্লে। মৈবা বাদি শিংখাঙবয়া বারোক্কগী (অঙোমগী বারোক্কগী) য়াম্লে। মৈবা উদি লংমাইচিংদগী শয়োম উ য়াম্লে। নাউফমদি কয়না

ফুময়ে। কয় ফংত্রবদি রাংলেনবম্না ফুময়ে। নাউফম ফুম্বদা যোৎ মখোক পানবা ১ থাঙ মখোক পানবা ১ থুকউ-থাক্ত ফিবোং ১ কোনয়াই পূ ১ অসি যাউয়ে। হৈখাম্না ইরু মাইত্তাইয়ে। থোং থুং শেংয়ে। শিন পুম্নমা থুংখায় চঙয়ে।

কংলৈ মৈতৈ লৈমগী চাপোক রাঙ্গোনশঙগী মশিল শিল্লোন

কংলৈ মৈতৈ লৈমগী চাপোক রাঙ্গোন মশিল চঙবগী বাবু হায়রক্কে। নাহাকপমনা মৈবা চিংয়ে। মৈম্নেংবম্না মৈ যেংয়ে। মৈকাম্বম্না মৈ কাময়ে। মৈথৌবম্না মৈ তৌয়ে। রাঙ্গোন শঙবম্না রাঙ্গোন শঙযে। নাউকনবম্না নাউকল্লে। পোং যাউদি :—খোংহামশেন ১ চাইথ-শেন ১ থুদৈ ১ খরুং ১ ফিজুম ১ অরাম্বমগী থুজাই ১ থুদৈ ১ ফান ১ যাওনা নাউফম ফুময়ে। পাউদেম্না লা লাঙয়ে। লিশম্না লৌ শায়্রয়। থাইরাকপম, তেনত্তবম অনিমক্রা ফক শাইয়ে। নহাকপম, থুঙ্খৌবম অনিনা যা-নফক শাইয়ে। পোক্রক থুনাম্বদি অক্কবম্না শেংঙে। নাউফম ফুময়ে। অশাংবম্না মায় তাইযে। থোং থুং হামায। অরাম্বম্না ইরুইযে। নাউথোইবম্না থা ১ অঙাং লৌয়ে। নিপা পোক্লবগা নিপানা লৌযে। নুপী পোক্লবগা নুপীনা লৌযে। নাকনবম্না ছুমাই ছুমযে। শাদোকপম্না চউময়ে। তৌইবিজম্না [২] কোরি থরাউচি থোংযে। থৌবান্দোংনা ফু শাইযে। লয়পেকপদি খুবাই মবক অসিদগী পেকয়ে। ময়াং ইরুপ্পনা লুপযে। থাঙ শাবদি নাউশ্রম্না শাইয়ে। নাউশোংফান, খোময়িনফান, ফু শা

২ কোরি থরাউচি=কোরিনা শাবা বেল্লগুবা খোংনবা যন্ত্র।

ফান,-ফু য়ৈচৈ, লযতাফান, লয়শূ-শূক্‌ শফু থমবাল অসি খৈবিক্তি অন্দ্রোগা, শোয়চা কামেংগা অনিমানা যাম্লে। কোন্নস্পি, য়ান্ন ফি অনিমাদ্দি মপুম্না শাইযে। অঙোমজাম্বম্না লিক, খুৎশি, খুৎচুপ শাইযে। অহৈবম্না খুজাই তেঙ্গোৎ হৈযে। শেঙ্গম্না নাউফম শেন য়ৈয়ে। শিনাইবনা শাইরুক শাইয়ে। অযেকপম্না নাউফম ফান লয়তা-ফান পুম্নমা য়েকযে। ফিদি কুমফিনা খাঙয়ে। খুমদি শিখোংনা খাঙযে, যোংতি ককচিংনা খাঙযে। শীঙখাঙবদি ময়াং শীঙ খাঙবনা খাঙযে। শেন্দি পাৎচনা খাঙয়ে। খায়বদি য়ুমকোক্তা খায়যে। য়াঙ্গোন শঙ হৌবদা কোনয়াই পু অশা ফৌ শংবাই ১ লিকোন, শেন কাগুপ, থুম, ঙা পরেং, হৈরুক পানা অথুম অহাউ, থাংমৈ, য়েনথেন ২ শঙকাবদা লাইনিংথৌগী ফৈজোম, ইন্নফি খুদৈ, লাইয়েম্বীগী ফনেক ইন্নফি, ফমগী ফিরাক ৪ থাখন, লফোই, চু, হৈ পানা কা, লৈশংনে। মাইবগী তরেং শেনচা শেন্দি লিশিং ৫ চায়যে।

শিনলঙ শিন্‌লাংবগী শিলোন

শিল্লংবা শিনলাঙবগী শিল্লোন্দি থৌবান্দোংনা লযপে-কপদা নাহৈথাং লযতৌ-য়োৎ, থাবৈ, চেগপ য়োৎশৌবি, শরেং, ঙাতেন, থুম, মোরোক, চেং, লা, চফু, ইরাল য়েনশাং নাপি, কোনয়াই, [১] খুনেৎ য়োৎ, [২] খুনেৎশেন লয়তৌ-তোক, ফমগী ফিরাক ২ লায়োম ফি, অথুম অহাউ, পানা কা, লৈশং অসি য়াউগনি লয়কমদি কোংব

---

১খুনেৎ য়োৎ=লাইগী, য়োৎনা শাবা ফাল খোংদাফম। ২খুনেৎশেন=লাইগী খুদা-শেম্না শাবা ফাল।

নগুংদা লৈয়ে। লিশম্না লয়পেক্পদা লাইগী ফম-ফি ফিরাক ২ কোনয়াই খুনেং য়োং, খুনেং শেন, চফু, ইরান, খাবৈ, চেগপ, যোংশৌবি, শবেং, ভাতেন, থুম, মোরোক, লা, য়েনশাং, চেং, লৈ চু, হৈ, অথুম অহাউ পানা ক্বা লৈশং, লয়তৌ-জোক, নাহৈথাং, কোনযাই অসি খৈবিক য়াউয়ে। লয়ফমদি হাউখ-দনে।

থাউদেম্না লা লাঙবদা নাহৈথাং, লারেন থাঙ্গোল, লায়োমফি, ফিমু খারোন, শরিক, ফিরাক ২ চু, হৈ লকোই, হৈনম নাইবা, অথুম অহাউ পানা ক্বা লৈশং কোনয়াই অসি য়াউযে।

নাহাকপম্না মাইবা বা য়ানবদা মাইবা থাং, শংগাই, নাহৈথাং য়োংখুনেং, শেনখুনেং ফিরাক ২ চু হৈ লকোই অথুম অহাউ কোনযাই পানা ক্বা, লৈশং অসি য়াউযে। সনা লিকফক্কী তৌ য়ানবদা খুনেংযোং, কোনযাই, চু, হৈ, লকোই, অথুম অহাউ, পানা ক্বা, লৈশং ফিরাক ২ অসি যাউয়ে। লাইফমদি লাঙ্গোন্দা, তৌ-দি মুংজেংদগী য়াম্রে।

ময়াঙনা থাঙ, খোয় লেন্নবা শাবনা ইরুপ ফি ১ ফৈজোম ১ ইন্নফি ১ খুদৈ ১ যোংশৌবী, খাবৈ, শয়েং, ভাতেন, চফু, ইরাল, থুম, মোরোক, চু, হৈ, লকোই, খুনেং য়োং, শেন, খুনেং, কোনযাই, অথুম, অহাউ, পানা ক্বা, লৈশং—লাইফমদি কোংবদনে। নাউশেংফান, ফু-শাফান, লয়তাফান, অসি য়ানবদা লমজিংলুইয়ে। যেলহিং থানবা ১ নাহৈথাং ১ উতু শীঙজং ১, ফমফি ফিরাক ২ চু, হৈ, লকোই, পানা ক্বা, অহাউ অথুম, লৈশং, খুনেং শেন কোনয়াই অসি য়াউয়ে। লাইফমদি নোংমাইজিংদনে।

শিন্‌ হৌবগী লোয়ন শিন্নোন

শিন্‌ হৌবগী লোযন-শিন্নোন্দি ৱাঙ্গোন থা ৮ শুরবগা মুমিং অফবা য়েংহুনা শিন্‌ হৌগনি। খোবান্দোংনা চফু ইৱান শাগনি চফু শাবদা লেংপা ফনেক ২ কোকথুম ফি ১ খুকউ-খাঙ ২ লী শাবদা ফি ১ মৈয়েংবদা ফি ১ মৈকাম্বদা ফি ১ মৈহৌবদা ফি ১ সনা লিকফক শাবদা ফি ১ লাইকন ফক শাবদা ফি ১ মাইচৌদা ফি ১ তরেং লেঙ্গা লেন লিশিং ১দগী লিশিং ৫ কাউবা পিগনি। থাঙ শাবদা ফি ১ কোন্‌ শাবদা ফি ১ অহৈবদা ফি ১ লেন শাবদা অয়েকপদা ফি ১ শিনাইবদা ফি ১ খোয়রেন থাঙ লেন্থদা ফি ১ হি শাবদা ফি ১ খুংদৈবদা ফি ১। ৱা-নফি কোন্নফি শাবদা ফি ১ পাইজ শূবদা ফি ১ থাউরেমদা ফি ১ নাকনবমদা ফি ১ শকপ্লমদা নাউরোইবমদা ফি ১ আশাংবমদা ফি ১ আরাম্বমদা ফি ১ অরুবমদা ফি ১ তোইবিজমদা ফি ১ ৱাঙ্গোন শংবদা ফি ১ শিংগুবা ৫ মক্তা ফি ৫ লোইকাফমদা ফি ১ অসি পিয়ে।

থা ৯ শুরবদা হুইখোং বনখোং ফাংপদা মাচৈ ২ যেংপু ২ উতোং ২ তেন ১ কোনৱাই পু ২ অথুম অহাউ, চু, লফোই, পানা কা, লৈশং. হৈনম নাইবা অসি য়াউযে।

চফু য়িকপদা ঙা পরেং, হথা. ঙাচিং অসি য়াউয়ে। লী য়িকপদসু অহুম য়াউয়ে।

নিংথৌগী ঈ হাবী শমথবগী শিন্নোন

কংলৈ মপু নিংথৌরেনগী সনা ঈ লাইহুইথরবদা মকুম লৈতবী লুপ্রাদি মাইয়োক্লবা যাদে। পোক্লবগা মাইবীনা খোয় লেলে। খুন্থোবমনা লৈবাক তৌযে। অরুবমা নাউফম ফুময়ে। নাউফম ফুম্বদা য়োং

মখোক পানবা ১ থুকউ-খাং ফিপোং অমা কোনয়াই পু ১ অসি য়াউয়ে। অশাংবয়া খোংহাম মাইতাইয়ে। অরাম্বমনা ইরুইয়ে। যুপান থাবদা লফোই লফাং চঙ থোকপা ৫ হৈনম নাইবা ২ চু, হৈ, অথুম অহাও. কা, লৈশং অসি যাউযে। [১]য়েনথেন ২ ফনেক, ইন্নফি, শেল লিশিং ৫ অসি থোময়িনবীদা পিযে।

মাইয়োক্লবিদা যেনথেন ১ ফনেক ইন্নফি শেন লিশিং ৫ পিযে।

য়িম শেংবদি পাংচনা ফি শুইয়ে। পাংচগা মাইবগা তানিমায়া তাইবেয়া পুংফাইনা নাহৈথোকয়ে। মবেল যোকচবীনা অঙাং পমযে। ফনেক ইন্নফি হোংযে। থা ৩ শুববগা চউমযে চউম্বগী পোংযাউদি চেং, ঙাহৈ, ঙাচিং. ঙমু, ঙানোয়, পেংবা, ঙখা, [২]ঙাশীং অসি শুনা য়াউগনি। চাক ইনবদি শাদোকপয়া ইয়ে। অস্নুয়া মৈদাংঙ্ নাউদারবী লৈমদি শেন চনি চায়য়ে। অপানবীদি শেন মঙা চায়যে। তূ অয়াম্বদি শেন ৩ থায়যে। বাঙ্গোনশঙদি কয়রুংবনা লৌয়ে। চাপোক শঙদি মবেল য়োক-চবিনা লৌযে। চউম নাইদি কয়না কংলে। নাই মথৈদি পানা ৪ না পিযে।

মৈদিংঙ্ নাউদাগী সনা ঈদা নিপা পোক্লবদি মাইবিদা লৌ অমমম পিয়ে। হুপি পোক্লবদি পিদে। নিংথৌগী লৈমলেনদি

১ য়েনথেন=ইনশাং নাপি য়াউবা পোংচৈ (শিবাগী পোং)। ২ ঙাশীং=ঙা জাং অমা।

নিপা পোক্লবস্ন নুপি পোক্রবসু পিবা হৌনৈয়ে। নিপাদি চউম্বদা মপু লৌরাংবনা পোংলোয় শুনা কংলে। নুপি পোক্রবদি মবেল যোকচবীনা নাউরোইবি অহদা পোংলোয শুনা কংলে। চউম্বগী চেংদি ফৌগাক, শংশুবা, ইরোইযা, [1]ফৌদোংবা শগোনয়াংবা, অসি থৈবিক [2]য়াকচিঙ্গৈনা থায়য়ে। তিংশোংনা য়াংকোক্কা, লোংগা কংলে। খোইবু খুনৌ, খুলেন ২ না ফক কংলে। খোঙঙা খুন, নাম্বা অনিনা মেন যাই, কোরেক, শুমজিং অসি কংলে। রাঙ্গোনশঙবম্না রাঙ্গোনশঙ শিংলে। অরাম্বম্না চাপোকশঙ শিংলে। য়ুমশেংবা নুমিত্তা পাংচহনবদা ফিরোই অশুবা ১ কংলে।

যিমজাউ নাউদাগী লোয়ন-শিন্লোন্দি :—যিমজাউ নাউদা পূম্নদি নিংথৌনা শিরগা মৈ কোযবা চঙযে। মৈতৈ লৈমনচিংবা ইবেম্মশিংনা শিরগা মৈ কোয়বা চঙয়ে। মৈকোয-নাই পিয়ে। লৌ পিয়ে। লৈম শিজগী রায়েল তৌযে। নিংথৌগী মচা শিজ লৌবদা নাই ১ তাম্লে। শিজ অয়াম্বা লৌবদা ইবোই অমা তাম্লে। মপা চৈরবদি নাই তাম্লে। থাইনরবদি ময়ুমদা লৈবমথৈ লৌহনা চাযয়ে। নিংথৌগী মতুবু লৌরুরবদি মশল মনাই লৈবমথৈ তুম্না লৌহনা মখিমফাউবা য়াম্থেকয়ে। ইংথোলদা হোবা উ রা পূম্নমাক্নু লোইনা য়াম্লে। নিংথৌগী থোথোক লাক্রবদা লৈম,

যিমজাউ নাউদাগী লোয়ন শিন্লোন

---

১ ফৌদোংবা=ফৌমুম। ২ য়াকচিঙৈ=কয়রোয় মথল অমা।

শিজ মরানা চগুম শেংবা পান্নে। লাইয়িংথো পাখংবগী শঙ শাবদসু পান্নেয়ে। শেন লখা চনি পিয়ে (ফংয়ে) নিংথৌনা ফম্বাল কারবগা লাইঙ্গিংথো পাখংবদা অথেনপোং শেনহনা পোং লাগ্নে। নিংথৌদসু পোং লাগ্নে।

পোংচাদি বাংথৈলাকপম্না বাংথৈ থুমফম চাই। বাংথৈমথুম্না ফম্বাল নাই লৌয়ে। খাইরাকপম্না সনা লিকফক শাবগী থৌ পোং ৬০ লৌয়ে। নোংমৈকাপ্লম, তেনগুবম অনিনা লৈমা অয়াম্বি পুবগী থৌপোং ৬০ লৌয়ে। যুমজাই নাউদাদি লৌগী, ইংখোলগী মথো লৈতে। লম্বীগী, থোংগী শেনখায়, থুমখায়, বায়ান, থানং ইরাই চংফদে। ফমদা কানা বামংফদে। খংনবদা মাবু চেববদি ইরোই কাযযে। নিঙোল মরা ভমফা সনা মতৈ, ইচোশিং শামী লাম্মী খনফদে।

ক্ষত্রিগী লোয়্‌ন থাগন শিন্‌লোন — ক্ষেত্রিগী থোগন শিন্লোন্দি ঈশিং শোকয়ে। সনা চিল চেংপাক গুইয়ে। লাকখোংদা সনা থোগন ডাইয়ে। সনা থাঙ খাললে।

কংলা শঙবগী লোয়্‌ন শিন্‌লোন — কংলা শঙবগী লোয়ন শিন্লোন্দি নিংথৌনা ফম্বাল তোংলবদা কংলা বাই তৈযে। থাংমৈ থাগ্লে। ফিদা পুশিন্লে। কৈরাক থুদা নময়ে। ফমদোংবা লোইরবগা পোং অযাম্বা শঙযে। লৈমতাক্কী হাউনা নুং পুইয়ে। নুংঙৌ খিকযে।

---

নাউথিংখোং নিংথৌগী থ, পী শক ৩৩২ শুবদা চৎলম্বা শিল্লোন

মৈদিংঙু কংলৈ নিংথৌরেল নাউথিংখোংগী মতমদা চৎলম্বা শিক্লোনবু নিংথৌ মাংদা হায়জরক্কে। হে নিংথৌ য়াইফবও! পূক্লিং পিনা নাতাবিযো। হৌজিক্কি নযু নবুথৌশিংগী লোয়ন শিল্লোনবু ওাক্লা অরাং অহেন য়েংনা শিল্লোন খায়নববু অমরক্কা হাযজরক্কে।

নিংথৌনা শিরবগা পুরৈ লৈকোয়বা মথৌ য়াঙ্গেনংগী শিল্লোন চঙবা হায়বক্কে। নাকমবমগা পাঙ্গৈজমগা অনিমানা লম্বাল মীকপয়ে। থোঙবম্মা যাথোকশঙ শাইযে। তোকপক্লা মং তৌযে। অয়ামনা মংফম চাক থিল্লে। মংথোং থিংয়ে। মংফমদা চাক থিনবা লা-দি থাউদৈজম্মা খাঙয়ে চাক থোংনবা শীঙদি চিঙ্গাংবম্মা খাঙযে। কুমওন থা শিববগা ম্লমিং থা শুরবগা অযাম্মা মংথোং হাংযে। মংথোং হাংবদা লযতৌ-যোং নাহৈ-থাঙ, খুৎনেৎ যোং, ফিরাক ২ চেং, লৈ, য়েরুম, সনা, লুপা অসি যাঙয়ে। তৌবদি তোকপম্মা তৌয়ে। শাদোকপম্মা শংতোকয়ে। মচুম মনাই থুনাম্বদি শিযাংপম্মা শিংতোকয়ে। আথামনা শম শেংয়ে। হনম্ভূ আথাম্মা লৌথোকয়ে। শক খাইদোকপদি শরোংখাইবম্মা খাইদোকয়ে। খোইরোম্মা লু চাময়ে। লু অয়াম্বদি লোইতোংবম্মে, খোইদিংজমনে, লোঙুজমনে অহস্থেমনে অকোযজমনে য়ুম্লাক ৫ মা অসিনা চাময়ে। অরোইবদি অমাকচম্মা চাময়ে। চামনবা লেংদি তিংশাংনা কৎলে।

অতুদা ছাপ্পুনা চামযে। হকচাংগী উন, তোং, মরেক, মহাউ থুনাম্বা তারিবা থৈবিক্তি সৌগ্রাকপম, থোইবম, শামান্দ্রাম, যিম্লাক ও মা অসিনা শাকু বালোংদা হাপ্পুনা ফুমযে। চফু রালোংস্থু মথোয়না শাইযে। লু অশেংবহু যোম্নবা ফিদি ঋিমলেপ্নমা শাইযে। হংলেমগা কনোক্কা অনিমানা পোরোমথোপ থিগ্রে। লুমিং ৫ নি লু যৌযে অতুগা লুমিং থা অফবা যেংতুনা লু চলে। *পুরোই লয়কোযবগী শিংলোন্দি অসিনে

---

* পুরোই লয়কোয়বা-মথৌ রাজেনবা, শ্রীকৃষ্ণবা শোনবা।

মৈদিংঙু কিয়াম্বা সনা হাকথক্পা পুখোকপা কৈথেল

মৈদিংঙু নিংথৌরেল সনা হাকথক্পা পোং নিংথৌ খিথোম্বগা মৈদিঙুংগা অনিমানা [1]কাঙপোকপি খোংনাংবু অগ্রাং কৈথেল লাইতিনকোন্দা পুথোক্লুনা থময়ে। থা বাং কৈথেল অনিমাগী বাবু অমরক হায়রক্কে। কৈথেল ৩ মক্কী মমিং ৩ বু ২ মক্কী মমুংদা লৈরে। অসি লৈবনা কৈথেল মমুংদা মী কনাগুম্বা অমত্তনা থোংউপ উপ্পা, ফিরুক থুম্বা, পে থানবা, ফিদা পুবা থাঙ, টা শূবা, উত্তুপ থেঙ্গু শূবা অসি খৈবিক তৌহৈদে। ফৈদানা য়েংহুনা পামৈয়ে। অমদি মী কনা অমত্তনা মপোং মচৈ মাঙবা তাহৌবা পোংপু পাক থুম্না লৌফদে। মী ২, ৪, ৫ ত্তনা থঙতল্লবগা ফৈদাদা তাক্কনি। ফৈদানা রায়েন থঙনা তৌগনি। মানদ্রবদি লাক-খোংদা রায়েন তৌগনি। অতৈদদি তৌফদে খংও। অত্থগা কৈথেন্দা মীফা মীপুনহৈদে। পোংথোম চৈথোমফদে অত্থুম তৌরবা মীদি নিংথৌগী ঈডাং থৌনি তৌনৈরে। মপোং মচৈ মাঙজৈরে।

নিংথৌনা কৈথেল থোক্লবদা মীয়ামদি ফমগনি, ইনলুন থানফদে, লাঙ্গোন-হৈ, মোইরাং য়িকোন হৈ ২ নাদি লাঙ্গোনহৈ খুদোং ৫ মুমিং ৫ নিগী মোইরাংহৈ খুদোং ৫ মুমিং ৫ নি ফৈদানা হৈরুংবিদা চললে। হৈরুংবিনা সনা লুকমাং শেম্না থমরে। ফৈদানা তাথোকয়ে। সনা থৌগন্দা শিরৈয়ে খংও।

---

১। কাঙপোকপি=হৌজিক্কী ম্যুনিসিপালিটি ওফিস লৈরিবা মফম।

নিংথৌ শেনবগী লোয়ন শিল্লোন

নিংথৌ শেনবগী লোয়ন শিল্লোনবু অমুক হায়রক্নে। শেঙ্গক শেনথা, ফিদা, কাংহাই চকথাং ২, থাঙশাং ১ ফিরোই মরোইদি কোকথোন ১ নমথাং খুৎহৎ ১ নমথাং অবোনবা ১ লেংযান খুদৈ ১ ফুরিৎ, খাংচেৎ, লুকমাং খুদৈ অমা মরোল ৩ মক্নে। খোংযেপ, খুদোল খোংউপ, সনা শকযেং মেংশেল ১ খুরুম, খুজিঙ্গাং শেনথাউদা শমজেৎ শমথা শমথাউ লৈখাউ ১ শেনপোং অমগী মনুংদা সনা য়াথিন ১ শিংজুম, যেঙ্গুম, কাতি পুমজাউ অসি হাপকনি। মরোয অশূবনা তিনবা হিদাক মরোয় অশূবা হাপকনি। কোনযাই, খোইক খুৎপাইসু হাপকনি। লং ফি পুন্নমা অসিনা যারেকশঙদা শিন্নজনা থ-জনগনি। শেমুংবা নিংথৌ শেনবগী থৌখশলোনদি অসিগন খং৩।

যারেকশঙগী লোয়ন শিল্লোন

যারেকশঙগী লোযন শিল্লোন্দি সনা খুৎশূ শঙ্গাই অমা, থেঙ্গু, পাইজখুৎ ১ কাংজৈ অসি থমযে। কাংজ্রুম কাংজ অজগা সনা থৌগল তৌগদবসু অমুক হায়রক্নে। অহল্লুপ লাইফমগী লাল্লুপ্তা সনা থৌগল মুমিং ৫ নি পুহৈযে। নাহারুপ খাবম লাল্লুপ্তসু মুমিং ৫ নি ৫ নি পুহৈয়ে। থৌগল মরোল খঙনা থলহল্লে। শেমুংবা ২ মানা সনা যাথিল ৬০ চল্লে। [1]জুমসু জুমযে। শেলুংবনা সনা যাথিল থৌগনগী মহৈ লাইরমগী চাকচা ওইনা চাহল্লকযে।

---

১ জুম=শিংজুম।

কয়দগী যৌপোৎ ১০ ফংজহন্নে। অমদি শেলুংবনা থৌগনচাক চাগদবদি পানা শেলুংবা ২ অনামশং শেলুংবা অমমমদি পি। শেলুংবা অমনা লালূপ চুপ্পা চাহন্নে। শেলুংবনা ফংদরবদা থৌগনচাক ফংগদবদি মতিক ওকপা ফংজগদবদি নিংথৌ শেনবগী ফমদা হাযরগা সনা যাথং লৌতুনা পানা ৪ মক্তগী ৫। ৬ থমগনি। চাক চ'হনগনি। থৌগনচাক কৌশিনবদি শঙ্গাইরেন শঙবনা কৌশিনগনি। শঙবসু শঙগনি। তুমিৎ ৫ নি ৬ নি থৌগল থোক্লবদা শেলুংবনা ফম্মাং চঙযে। ফম্মাং কৌশিনবদি খুঙ্গা শঙশেনবনা বৌশিন্নে। মতমদি তুমিদাং যুথক্তা কৌশিন্নে হাচেৎ মৈতান্দি নিংথৌ শেনবনা কযরুংবা য়াংকেশঙদগী তান্নে। মৈরা শীঙচেপ্তি শীঙখাঙবনা চঙয়ে। শেঙ্‌থক শেনখা থাঙশাং সনা থৌগন পোৎ পুতনা চঙযে। শঙ্গাই শঙবনা হাই শিংলময়ে। মৈ হৌরময়ে। পোৎশংবনা ফিদা থারময়ে। ফম্মাং যৌরবগা "নিংথৌ অথোইবও। ননাইশিং সনা থৌগন চঙ্গীং শুনা চঙ-লকলে" হায়না হঙ্গংকনি। হারী লীবা ঈচৈ শকপদা সনা থৌগন হঙ্গংকনি। কৈদানা শঙ্গাই মনুংদগী হৈরুক পান্না লৌথোকয়ে। অতুনা নিংথৌ শেনবগা কৈদাগা ইবেম্মশিংগা ও মা তিন্নতুনা থোঙ অপূম্বা সনা শেন চম নম্মিন্নেযে। চা-ন চূম নময়ে চন্নে। থাবম লাইকম লালুপ ২ মাদা লাইরিক মেংবা লোইশংনা হারী লীবা লাইরিক থীবা থৌগন চঙযে।

নাহারূপ অহল্লুপ লাল্লুপ ২ মানা ক্ষেত্রি লোইশংনা সনা থৌগন হারী লীবা লাইরিক থীবা থৌগন চঙয়ে। মৈদিংঙুগী

মতমদা কুমফি, খোংম্বাং অসি লোই হল্লে। লাংঙুংনা লেং ওইহল্লে, শামুপন পাল্লে, ফৌ, থুম পিজ্জেয়ে।

---

মৈদি ৱ্, ভুব খাগেম্বা সনা মহাকথক্কী শিন্লোন

হে নিংথৌ অথোইবা! নিংথৌ সনা খাদা নয় তুবি খাগেম্বা লাইবেন নিংথৌ সনা মহাকথক্কী লোয়্ন শিন্লোনবু অমুবক হাংবকে। পুক্নিং পিনা নাত্তা বিয়ো। নয় তুবি মহাক থক্কা লোয়শঙ পুম্বা লৌংকক্লবনে। পোইরৈ পুম্বা মাগী মাগী মশীন কায়হন্দনা তৌহল্লে। নয় মথক্কী চংনরোল শিল্লান কায়হন্দে। মশীং হাপ্পা শিদ্ধোংযে।

নিংথৌ শেনবনা ফম্মাং মৈরাংবদি নোংযাই মতুং পুং ৪ তাবা যৌনা লিংযে। অতুদগী শঙ্গাই শেনবনা নোংঙানবা ফাউবা মৈশেন (মিংশেন) থাঙযে। নোং ঙানগদবা পুং ১ লৈরবৈদা নিংথৌ শেনবগা ফৈদাগা অনিগানা শেনগী চাজুম হৈয়ে। নোংঙান্পুং ৈযরবগা "নিংথৌরেল অথোইবও। ননাই তম্মশিং সনা থৌগল অযাম্বা রাল্লী লৌবা, ঈৈছে শকপা, লাইরিক থীবা, ফম্মাং চঙ্গা মীস্থ যম্মাংদগী থোকচরে" অম্মম হাযনা ফৈদানা সনা নাক্তা চঙনা হজ্জংচৈযে। অতুগী মতুংদগী অনিমা থৌগন পাউ তময়ে। শঙ্ক ২ মাদা চঙয়ে। নোংঙান পুং ৩ তাশ্রবগা লাকথোংদা

থৌগন পাউখোন চঙলকয়ে। লাকখোংদা ফৈদাগা যনথোম তংযে থুম-চৈদি কয় বিচারনা পিরৈয়ে। ইপি নিংথেম মুবীশিংগা চুম নমহনা শিন্নরময়ে। সনা থৌগনবনা মী অমমম চাকস্বা ৫ শেনাক ১০ অসি হাপ্পা সনা থৌগন তৌয়ে। মশিন শিল্লান্দি সনা কাগোক অরেনবা লারুপাক অসি পিয়ে। কয় বিচারনা লুপাক ডাকয়ে।

শেনাক থনবগী শিল্লোন

সনা খোঙালংলবদা পোঙপৈ-ফমদা সনা থৌগন তৌগদবদি পানা শেলুংবনচিংবা শেনাকী শেম্বক শেনখা মাঙওইননা শেনাক থনগনি। হিদাক ফানবা শেলুংবা অয়াম্বা, অনামশঙ হঙ্গবা, খোঙ শেলুংবা অযাম্বা অসিনা ওইরম থল্লগা ফমথো নিংথৌ অয়াম্ববু কৌশিল্লে। সনা যাথং বা হাযবা হৌরবগা সনা যাথং লৈতনা বা হঙ্গংফদে। সনা মাঙদা কা-পানা চাবা, লৈ-চিনবা, নাপ্প চৌরা বা ডাঙনবা, লোন্না বা হায়নবা যাদে। অসিবু তৌরবদি ধৌগন্নচিংলিবা শিল্লোন কাযবা কৌরে। অসি থৈবিকমক শেলুংবনা য়েংয়ে। শেনাক শোয়রবদি [1]কয়দা শুময়ে।

নিংথৌ শেনবগী শিল্লোন

নিংথৌশেনবগীদি শেলুংবা অহম্না লাই পাম্নৈযে। পিবাগা মথংগা অনীমানা শেনগদনে। জাং ফত্তবা ভুরৌ চারৌ ফত্তবনা থুতৈশেন নাকশেন লানফরোই। অঙম্বনা কৌশিন্দনা চঙফদে। নিংথৌদা বা হংদনা বাকংফদে। চহা কুম্ভা শুনবনা ফম নাইহৈদে। পাথং লাকপা বাহালাকপা

[1] কয়দা শুম্বা=বান্দি শঙদা থবা।

অনিমানা হিদাকশুংবা, মৈকাপ্পি শেম্বা, শামুশঙ য়েংবা, পেরে খোংবা শিংকা না-কানা হৌনা পুংজাউ যৈবা, অসি পান্নেম্ব। লৌরুংপুরেনস্থ ওইনৈয়ে। নিংথৌ শেনবগী মশিনদি অরাওবা, ফৌ-রুংবা, থাংশা-পাম্নবা, পাইজ শুবা, হিরু হিনাউবা, তংথাই উরুংবা তংথাই থুমজাউরুংবা, হাউবা নাহা পুরেন অসি ওইনৈয়ে। মরোল অমদি নিংতেল থুমজাউরুংবনা পানা ৪ মকী অরা অনা পুইযে। অমদি সনা খোংলেঙলবদি কয়রোম্বনা নিংথৌ শেনবগী থৌগনশঙ কৈরুংবা যায়েকশঙ, শঙ অনিমা শারময়ে। যারেকশঙগী মনাংদা কয়বোযনা লম-থাঙয়ে। চাকম্‌ পোংতি লোইনা পুইযে। যাকুপ লুবাক, কোনপু-লুবাক, সনাচিন শুনা পুইয়ে। যাকুপ্তি শঙাই-শেনবা হিচাংনা পান্নেযে। যাকূপ লুবাক, কোনপু-লুবাক শঙাইশেনবনা সনা পুখম, সনা তেঙ্গোং সনা লুকমাঙ মরোয় পুইযে। সনা থৌগনপোং অয়াম্বা মফম মফমদা নিংথেম নুবীদা শিগনি।

নিংথৌগী লৈমলেন্না শেম্বা লৈনচিংবা লুবাক্তি সনা শম অকেনবা, শম থাউ লৈথাউদা হাপতুনা কৈদানা মন্নুংদা শিন্নরমগনি।

ফি ফিরোয়দি লাল্লপ চুপ্পা যারেকশঙদা থমগনি। লাল্লপ নুমিত্তা ফিরুংবীদা শিন্নগনি। অমরক কারকপনা ফিরুংবিদগী লৌথোক্তুনা লাল্লপ চুপ্পা সনা থৌগন তৌগনি।

নিংথৌ শেনবগী হৌনরকপা অমনা পানা অমমমদা ঈশিং যাফি স্ফি অনি ফি অহনবা ২ মৈথৌরাফি ৪ অসি হাপয়ে।

শেল্প বনচিংবা যাফি অহুন্দি ফম্মাং চঙযে। মৈথৌ যাফি ফম্মাং-মৈ পাম্নৈযে। শেস্থক শেনথাফরোইযে। খুংতম মরোয় ৩ মা অসি লৈযে। য়ারেকশঙদি অহিং যম্মাং মৈখুৎ তাবগুন্না মৈ মুংযদে অসিগী মরম্না শেলুংবনা নত্তনা মী অমনা য়ারেকশঙ ফম্নৈ ফমফদে থংও। করিগুম্বা সনা পূরু-তৌহনিংবা থৌ লৈরবদি শেলুংবা অহন্না লমজিংপুরেন ভইবন্সু যাই। অমদি পানা ৪ মানা লাই-পান্নবা ৮ তমপাকযুম থৌগন ৮ অসি চংলে।

শঙ মাপলগী লোয়ন শিন্নোন

লাইশঙ থৌগন তৌবা শঙলেন মাপনমক্কী লোয়ন থৌগন শিন্নোনদি লইগী তৌনগী মপোক মুনিং থোক্লবদা অংথনপোৎ থিনবদি ৩ নে। শগোনশঙ, শামুশঙ, দোলাইরোই অচানবা, হিদাক ফানবা, লৈমনাই, নিংথৌ নাই, পোৎশংবা লৈমনাই, পোৎশংবা নিংথৌনাই, থোঙশংবা মাপলমা অসিনা থিল্লে, লাই তাইনৈযে।

অমদি খবাই মনা পানবদি কয বিচারনা থিল্লে। থৌদাবদি নিংথৌ শেনবনা থৌদায়য়ে। থৌগন ভাইবশঙনা লাকথোংদা ফমথনা থৌগন ভাইয়ে। যুথক যৌরবগা শঙ্গাই শেনবনা ফম্মাং যৌনা কৌশিল্লেযে অমদি নিংথৌনা সনা থোংলেংহুনা লাই তৌনগী ইষ্টে শরু য়ারেক্লবদি চাকম্‌পোৎতি কয়না পুইরে। য়াকুপ্তি পোং-শঙবনা পুইয়ে। য়ারেক্তবদি মরোয়না পুইয়ে। সনা কৈথেন্দি লৈকাইনা পুইয়ে। কম্বিদি বিচারনা পুইয়ে। তরেৎ শেন্দি নিংথৌ শেনবনা পুইয়ে।

পাউখোনলোয়গী শিল্লোন

থৌগন পাউথোনলোযশিংগী লোযন শিল্লোন্দি নিংথৌ সনা য়াথংনে, লৈমলেনগী যাথংনে অনি-মাবু মকোক থোংনা য়াগদবদি ইপিশিং, নিংথেম-নুবীশিংনা হাউমচানা হায়দোকনি। হাউমচানা ফৈদানা হায়-দোকনি। ফৈদানা নিংথৌ শেনবদা সনা য়াথং হায়দোকনি। নিংথৌ শেনবনা কযরুংবা যারেকশঙদা থাগনি।

কৌবা মী হায়গে—নিংথৌগী মচা অহনবু কৌবা সনা য়াথংদি লৈমশেনবনা কৌযে। মচা ইংঙোশিং মনাউ ইংঙুশিং লৌবদি পোংশংবনা কৌযে। ইবুংশঙ অয়াম্পা কৌবদি হিদাক ফানবা শঙলেন্না কৌয়ে। অতৈ অযাম্বদি হিদাক ফানবা লৈমনাই থোঙ অসিনা কৌযে। শঙপান্নবা অতৈদি মশিঙ অনিনা কৌয়ে। অহল লম্মন লাইওইবশিংবু কৌবদি অরাঙবা কয় বিচারনা কৌয়ে। অমদি অহল্লুপ লাইযমগী শেলুংবা অহল অনিমক্না তাংখুন ১ কবুই ১ অনিমানা চায়য়ে। নাহাকপ থাবম অনিমাসু শেলুংবা অহল অনিমাসু তাংখুল ১ কবুই ১ অনিমা চায়। শেলুংবা নাহাদি কবুই ১ মনা চাযে। নাহারাকপা পাখং লাকপদি কবুই ১বু মী ২ মা য়েন্নেযে। অম্বয়া সনা থৌগলগী মনা কংজেয়ে।

অমদি লূক কংপগী লৈরঙ শাই। লৈবাক্তি লৈকাই শঙ-শারোইনা লানশিল্লে।

**লৈমশেনবগী লোয়ন শিল্লোন**

মৈদিংঙু সনা হাক্তকদি লৈমশেনবগী লোয়ন শিল্লোনদি সনা থুদৈশেন, সনা কাশেন, থুজেং থুজাই সনা থুদোং, তোংজৈ উতোং, শেন্থক শেনথা, মৈখু, চেগপ, ছিদাকখাউ, ফিদা, ফিদক, মোগুম্-মোন্তেক, ফিবোই, লুবাক মরোই গুনা হাপ্পা, দোলাই পোৎলোই ফিদা ফিদক অগুবা, খোংখুম, খুদোল খোংউপ অরোনবা. শেনপোৎ হাপ্পা শকয়েং মিংশেন, হৈজ্রাং, কাতি, খুজিম্থাং, শমজেং, য়েত্তুম, অসিপুম্বা থল্লে ।

সনা থৌগল লৈমলেনগী শিল্লোন্দি লৈমশেনবা শেলুংবা অহল নাহানা পাথংলাকপা, নাহালাকপা, অসিনা সনা থৌগল থুংপাই থুদোং হোংয়ে । পোরোং লৈখেৎ যাউযে । লৈমশেনবনা কোক সু-নবা য়েনশিল চললে । অসিদি শঙলেম্নে ।

**শেলুংবগী পোৎচাদি**

শেলুংবগী পোৎচাদি খোংজোং, পারেংবা, থঙান অসি পাম্নৈয়ে । মখাম্না য়েৎকোম্নৈয়ে, । খুনথুনা গুই-কোম্নৈয়ে । অনিমা অসিদি লৈমরেন শিদবি লাইগী লোইনে, মরম অসিদগী লৈমলোই কৌয়ে । কযদগী ফৌ চাংকোং অমা চায়যে শেলুংবনা ফ জৈযে । অমদি নিংথৌশেনবা যাফি অহন্না লৌপরি ২ থুম ১০ ফংজৈয়ে । শেনাক্না লৌ পরি ১ শঙম ২ ফংজৈয়ে ।

**শঙ্গাইরেন শঙবগী শিল্লোন**

শঙ্গাইরেন শঙবগী লোয়ন শিল্লোন্দি থোঙশং মৈরিঙবীন্না সনা য়াথং লৌহুনা কম্মাং চংলগা মৈরিঙবীনা ফৈদাদা হাযদোক্কনি । ফৈদানা কম্মাং চঙলো

হাযরবদা শঙ্গাইরেন শঙবনা নিংথৌ শেনবদা ইযাম্মা নিংথৌ শেনবা। ফম্মাং চঙলো হাযদুনা তাক্কদবনে। থৌগল চাকসু তাক্কদবনে। শঙসু শঙগদবনে। কম্বনা মখোয়দা শুমজিং, য়েন্দাই, চেংজামলুক, রাই অসি কংলে। রাইদি খোঙ শেংনবনে।

সনা খোঙলেঙলবদা কম্বীনে, মৈরোংনে, চেগপে,[১] মিংখম্রি অসি পুদুনা ইল্লে।

কয়রুংবা য়াবেক শংগী শিন্নোন

কযরংবা যারেকশঙগী লোয়ন শিন্নোন্দি সনা থৌগল তৌবদি সনা খোঙলেঙবদা অকাবা কযকংবনা শঙপান্নবা অথাম্বু শিন্নাইয়ে। সনা থৌগল ফংয়ে। যারেকশঙদা সনা লেপ্লিংচিংবা অযাম্বা থমযে, শঙ্গাই শেনবনা সনা লেনচিংবা সনা থৌগল তৌযে। সনা চোঙ শেকপিন খাল্লে মাগী মাগী শিংগা বাথনা তৌইল্লে।

শঙ্গাই শেনবা হিচাং কযরুংবদি যারেকশঙদা কাযয়ে। লম থোক্লা যারেকবদি সনা থৌগল কগবোয় পুম্নমা লোইনা ইল্লে। শঙ্গাইশেনবনা যাক্লু লুবাক পাম্মযে। যোকলেন থৌদা পান্নেযে। শঙপান্নবা পুম্নমাদা থৌদাইয়ে। শিন থাইয়ে পাম্মেযে। অমদি চৌংলোই তনলোই পুম্নমাদা লোই মখোক হাপযে। পোৎ থৌগ-ক্রুনা শঙলাউমৈদা চল্লে।

কয়রুংগী কযকা কয়কংদি যারেকশঙদগী ফংজৈযে লাইগী মঙং শিন্না অঙম্বা ওইরিবশিংনা দোলাই লেং অপুম্বা যেন্নদুনা

১ মিংখলী=মাংখল।

তোংয়ে। মীকোক চীঙলোই তম্‌লোই শুনা কাহল্লে। মীকোক শীঙলেপ হায়বদি লাইরিক্‌ যেংবা, হক্তবা হিদং অনিমক্তা লেপযে। মীকোক মাঙফদে। লোইপোক্তি সনা পুকৈদা শরুক ২ কংলে। লমচাবনা শরুক ১ ফংজৈয়ে। কযকুমদি সনা পুকৈদগী ফংজহল্লে। লমচাবা চঙবদি খুনবি চারমদা অহল্‌প লাইফংগী অঙম্বনা চঙযে, মযাইলমদা নাহারুপ খাফমগী অঙম্বনা চঙয়ে। হিংজাংনা যম্মাং চঙয়ে। মপান থোক্রবদা মোন্সম মোস্তেক, মোনপাক, মোনচেপ, ফিদা পুক্তনা কযকংবা মবোইনা থাইযে অমদি লোইপোং লমপোং পুম্মনা কযকংবা মবোইনা থাইযে।

অমদি নিংথৌ শেনবনা পৌবা শঙদি ফৌরুংবা, লৌকংবা খুনজাউলুংবা, হিক হিনাউপাল্লবা, ছইয়রাই, থাংশাপাল্লবা, পাইজশূবা, অরাঙবা শঙ ৯ মাবু বৌযে। নিংথৌ শেনবনা কৌরনে। শঙ অতৈ অযাম্বদি হিচাং শঙ্গাই শেনবনা কৌয়ে।

কযকংবা মরোইগী শিল্লোন্দি হিচা, চোঙখানবনা লাকখোংদগী হৌনা সনা চোঙ খাল্লে। শের্দপন খানজেমযে। কোম্নুংগী মপাল থোক্রবদা কাংহাইনচিংবা পোংশঙবনা কযকংবা যারেকশঙদা শিন্নয়ে। কযকংবা যারেকশঙদগী কযকংবা মরোইনা লৌত্তুনা থৌগন যফদা খললে। থৌগন তৌবা লোইরবদা শমলাংমৈদা পুশিন্দুনা কযকংব মরোযনা শিন্নরমযে। কোম্নুং মনুংদগী পোংশঙবনা থৌগন ফিদা খল্লে। সনা ছুলাই, শগোল, শামু, পুং পেরে, শিংকা, হাউনা, চুঙ, যিরাল মোইবুং পেনা অসিনচিংবা

পুম্নমা সনা খোঙলেঙগনি হায়দুনা নিংথৌ শেনবনা হায়দোকয়ে। লাইগীদি হিচাং শঙ্গাই শেনবনা চেন্নে। কৌবা চংপদি চৈরাক য়ারেকশঙ ২ না কৈদাদা চংলে অতৈনা কৌবা চত্তে।

*কৈদাগী লোয়ন শিন্লোন*

কৈদাগী লোয়ন শিলোন্দি খি থাউ পাইয়ে। ইচৌ থৌরে শীঙ খাঙবা, লারোয়, পৌবাক্নোং পত্নরেয় পূদেল শঙগোম যাললে। থামরন থুম লেগাম, বাইকম যাই। কাইবী চিলানা তৌবদি থাউঁম দোংশগী লশিং ভকয়ে। ন্নক কংপগী চগুম শেংয়ে। অপেন-পোং খিল্লে। মীযানগী থৌগন চণ্ডয়ে, যাম শুইযে। কারন্নবগা চেংখেন পুদে কুমহনা চায়যে।

*লানমীগী লোয়ন থোগন শিন্লোন*

লানমীগী লোয়ন থোগন শিল্লোনহু হায়বক্কে। সনা থোগন খোঙলেঙলবদা চুড়, যিরাল, তেন লীরুং থম্লে। অহিংদা মৈবুল থম্লে। থাক তানবদা থাকযম শেমগে। য়াবেকপনা সনা খোঙলেঙলবদা হাবিগা লোয়ননা চংলে। অয়োকপা চঙমিন্নেয়ে অত্নগী মনাদি রাইথোপাং চায়যে।

*লাইরিক য়েংবগী শিন্লোন*

লাইরিক য়েংবগী সনা থোগন শিন্লোন্দি সনা থোগল ফম্মং চঙদুনা লাইরিক থম্লে। নিংথৌনা পোংপৈফমদা থোক্রবদা মূকফু শীন্নহন, নিঙ্গোই থম্লে। মীগী নৈবাক্তগী লাইরিক লাক্লবদি লাইরিক পাইয়ে।

সনা নাকোং তারবগা লাইরিক অচুগী মরোল খন্নচুনা সনা য়াথং অমরক লাইরিক ইহল্লে। মীরৈপাক্তা অমুক পিশিল্লে। মীরৈপাক অমনা লৈবাক খুদুম চনগে নীওনা পিরকপা লাইরিকপু লাইরিক মরোম্না পাউ চংনৈয়ে। লাইরিক যেংবগী লাইযোন্দি থোংনাং লিশিং চাইবগী মচুংনে। থাংজিং হারমদি পানথোনে অপানবনে। কৌক্রু হারমদি অপানবা শিন্থোংনে। অসিনা নশীল পিজৈযে। মূকফু, শীওচুম, নিঙ্গোই সনা থৌগল হঙ্গবা হিদং অনিনানা ওাইচুনা খল্লে। হঙ্গবা হিদং অনিমা মফম হাপ্লিযে। লাইগী মমিং খংনা তাইবং পানবা মপুনা তৌইন্দুনা মফম নাইহল্লে। অচুঙৈ মথৈ ফম্নাইবা কৌনরকযে। সনা থোওলেওলবদা নতম খওনা সনা থৌগল তৌয়ে। অমদি শেজ লম্বু, মযাং লম্বু, েখাউ লম্বু অসি পানৈযে। নিংথৌগী মচা মনাউ ফম্নাইবনা শা-লান চংলবদা চংমিন্নৈযে। মূকফু, শীওচুম নিঙ্গোই পুইযে।

সনা থৌগল মীশিল চওবদি কংক্রুংবা য়ারেকশঙ চৈরাক, হিদাক ফানবা, পোংশওবা, হিরু হিনাউবা অসিনচিংনা সনা থৌগল চওহল্লে। অতৈ অযাম্নদি চংহন্দে, কৌক্রু হারমদি কোইরেংনা লেং ওইনৈয়ে। খুনবি চাবম চাহল্লে। লৌ পিজৈয়ে কোইরেঙ্গৈদা ত্তাহল্লে। থাদা থাংজিং হারম চুরেল থাংনদা কৌক্রু হারমনে।

কয়রোইগী পোৎনাদি

লাইনিংথৌ থাগেম্বগী সনা হাকথক্কী চৎনবকপা কযরোইগী পোৎনাদি লম লমা থগাই কাপ ১ ছুই ১ বায় ১ খুদোল ১ অসিনা চৎনৈয়ে। তিংশাংগী পোৎনাদি পান চি ১ য়াংকোক ১ লোং ১ চেংচামলুক ১ শুমজিৎ ১ উরোং শুমজিৎ ১ য়াইভং পোন ১ শিং পোন ১ পান পোন ১ মুশুমফি ১ অসিনে।

নিংথৌনা ফম্বাল কারবদা খুল্লাকপনা পুখম অমা লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ পোৎপূ তাভবা ৮ মা অহুমফি ৮ নাইখুন পুম্নমানা শেনচা মভা নায়যে। ওক থাই। হাউজোংবদা যু কৎলে।

নিংথৌনা শিরবগা তৌনা শিন্নোন

নিংথৌনা শিরবগা পানচি ১ না শীভপোং অমা কৎলে। অন্দ্রোগী পোৎনাদি পানচি অমনা ফাগং-লম ৬ শামশ্লয়ে। লাল্লুপ অমদা থবং ৮ [১]নায়যে। কূ হ পান-ব্বা যেন্থৎ নায়য়ে। ফম্বান্দা শাকুকান ফুয়ৈ-চৈ কৎলে। মবাদা রাহয়ু কৎলে। ওক থায়। শিতেক শীযেংদা খুনলাকপনা পুখম অমা লুপলাকপনা তেঙ্গোৎ অমা খুন অযাম্বদি শেন চামভা নায়য়ে।

লৈনলেনগী মী ২ না ফি অমা নায়য়ে। অপানবিগী মী ৩ না ফি অমা নায়য়ে। তূ অয়াম্বগী মী ৪ না ফি অমা নায়য়ে, অন্দ্রোগী পোৎনাদি অসিনে।

---

[১] নায়য়ে=পুখৎনৈয়ে।

মোইরাংগী পোৎনাদি শঙলেন অমনা মুত্তমফি ২ নায়রে। থুন অয়াম্বনা শরেং ঙাতাই ১৫ নায়রে। হেম্বাক চফু ১৫ লমচাবগী ফৌপোৎ ১৫ হাউখিবদা মী ১ না শেন ১০০ মী ২ না ঙান্নু ১ হেত্তাক চফু ১ পৌঙা ১ ঙমূ কাংকোৎ ১ চিনগুক ১৬ নে।

শিতেক শীযেং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ অমা লাইরেন লাকপনা তোঙ্গোৎ ১ লাইরেন হিদংনা মুত্তমফি ১ পাখং লাকপনা মুত্তম ফি ১ নাগালাকপনা মুত্তমফি ১ পামূ কৎলে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ১ না শেন ৫০০ অসি নায়রে।

চাপোক লৈমলেনগী মী ২ না ফি ১ নায়যে। অপানবিগী মী ৩ না ফি ২ নায়যে। তূ অয়াম্বীগী মী ৪ নচিংবনা ফি ১ নায়যে।

সেকমাইগী পোৎনাদি লমচাবদা ফৌপোৎ ১৫ কৎলে। লাল্লুপ ১ দা থকং ৮ কৎলে। ওক থায়যে কাংশি নায়য়ে। লমতাই চৌত্তাইবদা যূ নায়যে। শিতেক শীযেং ফম্বান্দা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ খুনগী ময়াম্না শেন ৫০০ নায়যে।

চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ২ না ফি ১ নায়যে। লংলোইদি মী ৩ না মুগা খন ১ লংয়াই খন ১ পানগং খন ১ কৎলে। খামু কৎলে। চাবোক নাউশংদা লৈমলেনগী

মী ২ না ফি ১ অপানবিগী মী ৩ না ফি ১ তু অয়াম্বিগীদি মী ৪ না ফি ১ নায়যে।

চৈরাক য়ারেকশঙগী কক থাইযে। শিতেক শিযেং ফম্বান্দা থুন্নাকপনা পুখম ১ লুপ্পাকপনা তেঙ্গোৎ ১ থুনগী মীয়াম্বা শেন ৫০০ নায়যে।

লারোয়দি লাম্বুপ ১ দা লা হৌয়ে। এক থাইযে। থাম্ব কৎলে। হাউবৈগা মপাম এইযে। শিতেক শিয়েং ফম্বালদা থুন্নাকপনা পুখম ১ লুপ্পাকপনা তেঙ্গোৎ ১ থুনমী অযাম্বা লা কৎলে। পৌথোক খুদিং লা কৎলে। শজি মউন কৎলে। মুংখুবি কৎলে।

ইরৈমগী পোৎনাদি শিঙলেন ১ না থা ১ দা শেন ১৫০০ তাল্লে। ভাচা পোত্তা শঙলেন ২ না শরেং পৌভা ১ থাংজি কাংপোৎ ১ ভমু কাংপোৎ ১ চিনওক ১০ হাউখিনদা মী ১ শেন ১০০ মী ২ না শরেং পৌভা ১ হেক্তাক চফু ১ ভামু ১ ভমু কাংপোৎ ১ থাংমৈ থৌরি নাযয়ে। কোংব্রন কৎলে।

শিতেক শীযেং ফম্বালদা থুন্নাকপনা পুখম ১ লুপ্পাকপনা তেঙ্গোৎ ১ থুনমী অযাম্বনা শেন ৫০০ নাযযে। চাপাক নাউ-শংদা মী অমনা থাংজি ১৫ চিনওক ১৫ শরেং পৌভা ১ শেন ১০০ অপানবিগী মী ১ না থাংজি ১০ চিনওক ১০ ভমু ১০ মী ১ না শরেং পৌভা ১ মী ১ না শেন ৩ নায়য়ে।

তু অয়াম্বীগী মী ১ না থাংজি ৮ মী ৩ না শারেং পৌন্ডা ১ শেন ৫০ শীঙনাং, মৈরা শীঙ বায ৫ নায়য়ে।

উরোয়দি থা খুদিংগী উ ম্বাললে। মৈ খৌরি কৎলে। বাংঙ্‌, কুমফিদি কাইরং কৎলে। হামেঙ চাউরেন নায়য়ে। চাইরেন্না লাল্লুপ ১ দা কম্বি ১৫ নাযয়ে। কাইরং কৎলে। লাল্লুপ ১ দা কুহি পরি ৫ নায়য়ে। মনাহি নাযয়ে।

শুয়্না থা ১ দা উচান পরি ৫ নাযযে। লমচাবগী মী থা অমদা পরি ১ শিত্তেক শীযেং ফম্বালদা হঞ্জবনা পুখম ১ হিদংনা তেঙ্গোং ১ খুনগী মী অয়াম্বনা শঙলেন ১ না উচান পরি ১ চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী শঙলেন ১ না উচান পরি ১ তু অযাম্বীগী বায় ৬ নাযযে। কুহি নাযয়ে, হামেঙ চাউরেন নাযযে।

বাংঙ্‌দি শিতেক শীযেং ফম্বালদা খুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোং অমা খুনগী মী অয়াম্বনা শেন ৫০০ নায়যে। চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী শঙলেন ১ না থাংজি ১৫ শরেং পৌন্ডা ১৫ অপানবিগী থাংজি ৮ ডমু ৮ চিনওক ৮ মী ২ না শরেং পৌন্ডা ১ নায়য়ে।

নুংমুদি শিতেক শীয়েং ফম্বালদা হঞ্জবনা পুখম ১ হিদংনা তেঙ্গোং ১ খুনমী অয়াম্বনা শেন ৫০০ চাপোক নাউশংদা লৈম-লেনগী কুহি পরি ১ অপানবিগী বায় ৬ নায়য়ে।

কুমযিগী পোৎনাদি শীঙলেন ১ না ফৌপোৎ ১৫ লমচাব। ২ দা ফৌপোৎ ৩০ কাইরংসু নায়যে অচাপোৎতি মী ২ না শরেং পৌঙা ১ থাংজি বাংপোৎ ১ ঙমু কাংপোৎ ১ চিনওক ১০ মী ১ না শেন ১০০ হেস্নাক চফু ১ মী ২ না শরেং পৌঙা ১ ঙমু কাংপোৎ ১ শিতেক শিয়েং ফম্বালদা থুল্লাকপনা পুখম ১ লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ ১ মী ১ না শেন ১০০ চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ১ না থাংজি ১৫ চিনওক ১৫ ঙমু ১৫ শরেং পৌঙা ১ অপানবিগী মী ১ না থাংজি ১০০ চিনওক ১০ মী ২ না শরেং পৌঙা ১ ভু অয়াম্বগী থাংজি ৮ ঙমু ৮ চিনওক ৮ মী ৪ না শরেং পৌঙা ১ অসিনে।

কোঙথাংগী পোৎনাসু মথক্কী অসিনে।

ককচিংগী পোৎনাদি থৌগন অমা থাইজা ২ থৌমি অমনা থাইজা ৪ সোইযাইনা থাইজা ২ থাগী পোৎনা ওইয়ে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা থুল্লাকপনা পুখম অমা লুপ্লাকপনা তেঙ্গোৎ অমা অসিন। পুথি নিংথৌনা নাই ১ মী অয়াম্বদি মী অমনা থাইজা অমা নায়যে। চাপোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী অমনা থাইজা ১ নায়যে। অপানবিগী মী ৪ না থাইজা ১ হামেঙ চাউরেন নায়যে। যম্বাল থাঙ শাইয়ে।

মযাং নিংথৌনাই লোইপোক্তি মী ২ না কি হৈরী-মকু ২ অমা পুমডৌ ১ অহুগা তরুক্কা নিংখম মরোয ১ লিমোন কৎলগনে। উতিগী লফু-চনাম কৎলে। মী অমনা কোনপ্রেক কাংপোৎ ১

কৎলে। মেরাদা শরেং ভাতাই নায়য়ে। কুম খুদিং নাই কৎলে। শগোল, শামু, শাঁড, মৈতাল, দোলাই অসি থল্লে। লমচাবা খুদিংগী অযোকপা মঙা পিয়ে।• শোয়রোয় চঙযে। থোইরুংঙে। নুংঙৌ পুইয়ে। লাইগী থায়য়ে। কাংঙা থায়য়ে, ডাহু থায়য়ে ভাহু য়োকয়ে। ময়াং লোইনাইস্থ হল্লে। থুমলোইদি থৌদোক খুদিংগী থুম কৎলে। হামেঙ চাউরেন নায়যে। [১]শামন থুম নায়। কযদি শঙলেন অমনা ফৌপোং ৩০ নায়য়ে। খোইজু, লফুচনাম, উরোং শুমজিৎ, য়েন্দাই, চেংজামলুক, থরাইপাক অসি কৎলে। খোইজু লৌরোং পাউদমনৈ। [২]ফৌথিনচাক কৎলে। [৩]মতান্ধক নায়। লৈমলেম্না ॥ লমকুম্বদা কয়-নুবীনা দোলাই পুই। লমচাবনা ফৌ চাং কোং ১ চায়যে। হরাই, হেস্তাক লা কৎলে। চাপোক নাউশং, শিতেক শীয়েংদা, বাঙ্গোন্দা চঙয়ে। কয় ওয়মঙী পোৎনাদি অসিনে।

চোথেগী পোৎনাদি পানচি অমনা কয়রেন ফি ৪ খোইদিং চাং ১ কুম্না পোং ১ মেরাদা চাক, খুরুম, ফিতুপ ১০ ফিহুংইন ১০ মিৎলং ২ মাইলং ২ চাক পাউদম ১ পাউদম ১০ কুরেক চারন ২ শুমজিৎ ১০ হুইত্রি ১০ লোং ১৫ দাবু নাশিখাউ ১৫ শাইরুক ১৫ লুবাক ১৫ চেংবোন পু ২, চাবোক নাউশং লৈম-লেনগী নী ২ না ফি ১ শিতেক শীযেংদা নিংথৌগী তূ অমমগা

---

১ শামন=শামরা। ২ ফৌথিনচাক=ফৌপুরুকপা কাংবুমী চানবা চাক। ৩ মতান্ধক =শিনদুক। লমকুম্বা=অরাপ্পদা চৎথোকপা

( ইবেম্মশিংগী ) ফমলুপ মতুংইন্না নাই পিয়ে। নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা মী ২ না ফি ১ নাযয়ে।

লাংতেলমগী পোৎনাদি পানচি অমনা ফি ৩ নাযয়ে। থোই-দিং চাং ২ নায়যে। লযরী, শগাং, লিতান খুন অহুম্মকী পোৎনাদি অসিনে। সাইপুম, নুংকোৎ, অরুক, পানশাং, থোংশাংখুল শিংকাপুং, খুনশিং অসিদি খুন অমমম্না কয়রেন্দা মী ২ শনশঙ নাযযে। মেরাদা শনশঙ অমা নায়য়ে। খুনবিচারমদি পানচি অমনা ফি ৪ নায়যে। থোইদিং চাং ৩ নাযয়ে। লা পোৎ নায়য়ে মেক্রুক নায়য়ে। ফম্বাল রাঙ্গোন্দা মী ২ না ফি ১ চাবোক নাউশংদা লৈমলেনগী মী ১ না ফি ১ মেরাথাগী চাক, খুরুম, ফিতুপ ১০ ফিতুংইন ১০ মিৎলং ২ মাইলং ২ চাকপাউদম ১০ কুরেক-চারন ২ শুমজিৎ ১০ নায়য়ে।

ময়াইরম আইমোন্দি পানচি অমনা ফি ২ থোইদিং চাং ২ মেরাদা চাক খুম, ফিতুপ, ১০ ফিতুংইন ১০ মিৎলং ২ মাইলং ২ পাউদম ১০ কুরেক চারন ২ শুমজিৎ ১০ চাকপাউদম অমা ফম্বাল শিতেক শীয়েংদা খুনবিচাবমগা অম্মানে।

তাংখুল থরুকী পোৎনাদি লশিং পোন খুম ৪ হানবা পোন ১ শৌথাং পোন ১ শাংখাপাক ১ হিদাক পোন ১ হামেড চাউরেন নাযয়ে। মেরাদা চাক খাপাক ১ শিং থোইপাক ১ নাযয়ে কৈথেল ঈরাংনৈযে। লমচা-লমবুনা চায়য়ে। কয়ুক্‌ংবদা

খুন ১ না শেন লখা ১ বৎলে। খুন অপিশানা লিশিং ৫ কৎলে। শঙ্গাই য়ুমজাও শাবগা য়ুমথোং য়ুমথোং নাযযে। শিতেক শীযেং ফম্বাল রাঙ্গোন্দা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে।

তাংখুল অরাং লুপ্তি লশিং পোন ১ শিংপোন ১ হরাই পোন ১ নায়য়ে। ঈথম, মোস্থৌ, কৈহৌ, উমংখুন ৪ মক্তি হরাই, হিদাক, খাপাক নায়য়ে। চমতে কৎলে। মেরাদা লুক কৎলে। লমচাবদা ফি কৎলে। ফম্বাল রাঙ্গোন শিতেক শীয়েংদা নায়য়ে।

মরিংগী পোৎনাদি লোইচাউদা কুম্না পোন ১ কুম ১ দা য়োং ২ কুম ২ দা যোং ৩ যোং ৪ নাযয়ে। মী ২ না লৌযে থাঙপন, মুরোক পোন ১ থাঙলেন মরু বৎলে। মরুদি অপানবীনা চায়য়ে। কৈথেল লোইকৎতি মেরাদা পোনগী মতুং-ইনবা পোন মঙ্গংদা থাঙ হাপ্পুনা কৎলে। হৈমাং পোলাং কৎলে। থাঙ অমা কৎলে। ফিম্না মোমযে। তামেঙ চাউবেন কৎলে। শজিলাং থোযে। কুমলেপ্পা লোই থোয়ে। শক্তাগী লম্বী শেম্নবা উতু শীঙজং ১ লৈফাল য়োং ১ ফিমু নমদা কুপ্নবা ১ মযুং যানবা তেঙ্গোং অচৌবা ১ শঙ্গাই যুমজাউ শাবদা য়ুমকাবদা চৈরিবোপ, শিংখা কৎলে। কংলা শারবগা শেন্নি কৎলে। শিতেক শীযেং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১০ কৎলে। নিংথৌগী লৈমলেম্না মচা পোক্লবদসু অসিনে। খুন্না মুরোক পোন ৫ য়োংপুন ১ নাযয়ে।

থোইবুদি পানচি অগনা কুম্না পোন ১ লশিং পোন ১ পোম্বক পোমখা মান্নবা নায়য়ে। থোইদিংজু পোম্বক পোনখা

মান্নবা নাযয়ে। শিং পোন ১ কাংছু পোন ১ পোন মতুংইনবা লৌছৌং মপাক ১০ পকয়ে। পাউদম যাইঙং হারৈ অমা, শিতেক শীয়েং চাপোক নাউশংদা মী ১ না ফি ১ নাযযে।

লূহূপ খুন্দি পানচি অমনা লশিং অযিন অযাই পোন ১ শিংখা পোন ১ নাযয়ে। থোইদিং চাং ১ শিতেক শীয়েং ফম্বাল নাউশংদা মী ২ ফি ১ নাযযে। হামেঙ চাউবেন নায়যে।

মকেং থঙ্গালদি পানচি অমনা ফি অমা নাযযে। মুরা-থেলবা, তুম্নৌপোকপি, ময়াঙখাঙ, থুম্মযোল খুনৌ, পুম্মযোল খুলেন খুন ৫ মাদি মীযুম নাযযে। তোকপা খুন, থোনম্বা, নোংক্ষৌ, চাঙৌপুং খুন ৪ মাদি কুম লেপ্পা নাই কৎলে। লাংকাদি থোইরু নাযযে। শামু পুক্লি নায়য়ে। দোলাইগী চারৌ নায়যে। মখুই লাম্লোইদি চূড ইঙেল কৎলে। মখান খুলেন, মখান খুম্নৌ, ২ মা অসিদি খুন্নৌনা মেরাদা মীশিং থৌয়ে। মখান খুলেন্দি তেনচৈ কৎলে। লশিং পোন ১ কৎলে। থোইদিং পোন ১ কৎলে। কুম্নাম্ন পোন ১ কৎলে।

কবুই চীংমাইগী পোংনাদি পানচি ১ না লশিং পোন খন ৫ না হাপ্পা পোন ১ কৎলে। থোইদিং পোন ১ হিদাক পোন ১ মুরোক পোন ১ কৎলে। কুম্নাগী ফক পাউতম ৫ লশিংগী ফকতম্‌ ৫ লোইশন থৌয়ে। শিতেক শীয়েঙ ফম্বালদা নাযয়ে। শঙ্গাই য়িমজাউ শারবগা শেরি শেনচাউ কৎলে। হৈরিবোপ কৎলে।

লাইরম চৌংশাংদি [১]চিংজিন্দা ফক ৩০ নাপু ৩০ ফক পাউদম ৫ নাপু পাউদম ৫ লাইরম নূংঙৌ চেন্লে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ২ না ফি নায়যে লৈমলেনগী মচা পোকপদম্ম অসি নাযয়ে। খারম চৌংশাংদি পানচি ১ না [২]চৌংজকু পোন ১ নায়য়ে। লৈমলেনগী মচা পোকপদম্ম নায়যে। শঙ্গাংমৈ থোযে। মকাশাং, ফাইরোং ২ মাদি পা-না কৎলে। খারমম্ম, লাইরমম্ম শিতেক শীয়েং যম্বাল ৱাঙ্গোন নাযযে। লৈমলেনগী মচা পোকপদম্ম নাযযে। য়িমথোক যিমযেংনৈযে। কুম অমা নে, কৎলে। যিমথোং যিমথোংগী যিমযেংদা ফক কৎলে। শঙ্গাই শারবদা শেরি শেনজাউ কৎলে। নেবাদা হৈ পোনফাং, ফিমু কৎলে। শনচি লাংমৈ থোযে। চাবোক নাউশং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১ কৎলে। হিদাক হৈ-ৱা কৎলে।

- মযোন থুন্দি মী ১ না থোইদিং চাং ১ কৎলে। শিতেক শীয়েং ফম্বালদা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে।

মোনশাংদি মী ১ না থোইদিং চাং ১ পোনথক পোনথা নায়যে। শীতেক শীযেং ফম্বালদা লৈমলেনগী চাপোক নাউশংদা মী ২ না ফি ১ নায়য়ে। পানচি ১ না উচানম্ম নাযযে।

পুরুম নিংথৌ নাইদি পানচি ১ কাইরেন কাইফি ১ ১ নায়য়ে। ফিদেন ২ নায়যে। থোইদিং চাং ১ হিদাক পোন ১ ফি পাউদম ৬ শিতেক শীয়েং ফম্বালদা চাপোক নাউশংদা

[১] চিংজিন্দা=নোং চুরবা মতমদা। [২] চিংজকু=চৌংজ-উ মনা অনৌবা।

লৈমলেমগী মী ২ না ফি ১ নাযযে। অনানদি পানচি ১ না থোইদিং চাং ১ উচান শূক ১ হিদাকপোন ১ পোনখুম শেন লথা ৬ হামেঙ চাউরেন নাযয়ে। শিত্তেক শীয়েং ফম্বালদা মী অনিনা ফি ১ নাযযে। ইরেং, কাংচুপখুন, কারাখুন, কোনশাখুন—খুন ৪ মা অসিদি হিপান থোযে। থৌরী পয়া কৎলে।

নাগাকপা, কবুই অনৌবা, ইচুম, মুংবং খুন ৪ মাদি নোংমৈখোক কৎলে। থৌবী কৎলে। পযা কৎলে।

মাকং খুনগী পোৎনাদি শবানথাউ, যেন্ন-থৎ, পূল মানবি, মুকথ্‌বী কৎলে। শিত্তেক শীয়েং ফম্বালদা লৈমলেনগী চাপোক নাউশংদা মী ২ না ফি ১ কৎলে।

লাফোক শারমগী পোৎনাদি ভাইথোং পোৎলেন ৩ নায়য়ে। অম্রুম্ন নযু লাইযিংথৌ খাগেম্বা সনা মহাকথকগী হৌনরকপা লৈবাক পানবগী বাহৈ কমচৎ থোগন লাঙ্গন মথৌ শিল্লোন ইনা শঙ পান্নবা পুম্নমাগী মাগী মাগী থোগন ফিজেৎ বাহৈ অঙম অথৌ পুখ্রন নোংথোল ফমথৌ নিংথৌ শংলাক কযকং পুম্নমাগী ফমফম চাকচা পুম্নথাবু মযু থোইধ্রম শাইওনশোক নোংদা লাইগী মতমগী মথং হুইথ মযুবোল লাইনিংথৌ কংলৈমপুগী চৎলমদি অসিনে হাযরবগী মতুং ইন্না চৎন-মথং কাযহনদনা মথৌ মশিন শিল্লোনবু নাইথিম্নে। শিল্লোন অসিবু হাযদনা চৎকনি।

---

মৈদিংঙ্ লোইনাই চিংথংখোম্বা সনা হাক্তা মৈতৈ

মৈদিংঙ্
চিংথংখোম্বা
সনা হাক্তী
লোয়ন-শিন্লোন

সনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুখ্রন নোংথোন ফমথৌ নিংথৌ শঙলেন পুবা পূম্নমাগী শিন্লোন্দি মমু লাই-য়িংথৌশিংগী হৌন লমচৎ কাযহন্দনা চৎলবগা নমু মীযাম মৈতৈ পুন্না মশীঙ হেল্লবগী থৌরম মশীঙ হাপ্না শিন্লোন ইনা থনয়ে।

করাদগী মযাঙনা নূং পুইয়ে। ঈরুবা মৈতান্দি লাল্লুপ অমদা নুংঙৌ চাং অনি কৎলে। ডমু চিনওক তরা ঙা চাং তরাবু লাল্লুপ অমদা ওক্লেয়ে।

অন্লোনা ইচুমফু তরা সেকমাই থানা চফু তরা থৌবান্দোংনা রাইভযফু তরা ইরাইফু তরা চাং শুনু লোম্নবা ঙাংখ তাল্লে। শীঙ তাল্লে। থামরন্না কেগাম খুম শোইনাইযে। অরাঙবনা মী হাপ্পৈযে। অরাঙবনা অহিং নোং শোযনবা থাউ তাল্লে। কযরুংবা যারেকশংদগী নূং যান্নবা থাঙ, য়োৎসু পিয়ে। চেগপ থাবৈ, য়োৎকি থাংমৈ, যোৎ, য়াংকোক, শুমজিৎ, ইখুম-ফি, মোইথাপ, মেরা হাউজোংবদা চুঙ, টা, অসি তাল্লে।

নিংথৌনা শা-লান চৎলুবা হাউলান নারুবা হল্লরবগা ফম্বাল কারবদা ফম্বাল নাই ফংজৈয়ে। ফম্বালফি থযথবসু ফংজৈয়ে। লাইগী, নিংথৌগী শুনু চল্লে। হগুবা, হিদং, নাহালাকপা, পাখংলাকপাগী লাল্লুপ অমমমদা নূং চাং অমা ফংজৈয়ে।

শান শুয়বদা
ফম্বাল কাবদা
পিবা পোৎনা

হিদাক কানবা শঙলেনগী লোয়ন শিন্নোন্দি সনা তাংবল য়াউনা লাকখোংদা ভাইয়ে। লাল্লুপ নুমিৎ ৭নি শুরবদা নিংথেমনুবীনা হিদাক চুহি খায়হনা হিদাক শুইয়ে। লাল্লুপ নুমিত্তা চল্লে। তিকিস্থ শাইয়ে। চেং মেরুক ৩৩ শীঙপোৎ অমমমগা তাল্লে। হিদাক কানবী হঙ্ববীদা ভাস্থক চল্লে। মৈ চফু অরোনবা পুইয়ে।

হিদাক কানবা শঙলেনগী লোয়ন-শিন্নোন

নিংথৌ শেনবনা লাকখোংদা কমহনা সনা খুদোং মহী হোংযে। খুৎপাই খুদোং খল্লে। সনা খুদোং মখোঙ মথক খেৎলবদি শেলুংবা যাউনা শঙলেন্দা চঙহনা লংলা য়ুংনা খেৎকনি। খুৎমু খুৎলাই কমদা থময়ে। চেংকুপ য়াইকুপ ভাল্লে। কম্বী, খোইক থাউমৈ কয়রুংবা য়ারেক-শঙদগী তাল্লে। মখোঙদি পোৎশংবদগী তাল্লে। মঙক ভেংনাদি কংলানা চল্লে। পোরোং লৈখেৎতি যাউয়ে। পাঙন ইংখোনগী হিদাক, চুহি, হয়াই, আফিং লৈ, মরোইমরু পুম্নমা নায়য়ে। শেংগা চাবদি চবোন লুংবা, ভাক্সংবা, থুমলুংবা, পল্লুংবা অতৈদি অনৌবনে। চেঙশঙ পৌবান্দোং তিল্লি ফুল্লৈরেগী মশীম্নে। লাঙোন হিদাক কৎলে। থাজনা উথম হিদাক কৎলে। চন্দ্রখোংনা থুমলংবা চঙঙে।

নিংথৌ শেনবগী শিন্নোন হাপ্পা

লোইকমদি অনাল তাংখুলনচিংবা মথৈ লমচাবা চংয়ে। তাংখুল খারূপ অবাংলুপ অনিমানা হিদাক মৈথু কৎলে। ইরেং মথান, থুনথু, মপাউ, ইরৈমা লৈমলেন, অভিংঙা শিদবা শিদবী অনিমক্কী লোইনে।

লোইকমগী পোৎনা

লমচা ক্সু চঙফদে লোইবোকনে। কাবাখুন, কাংচুপখুন, খুংতোং খুনলেন অসিদি লমচা চিংযে, হিদাক ফানবা মচা নওদি নিংথৌ মচা মগুদা খন্নফদে।

অনাল নানাগীনচিংবদি হিদাক কৎলে। নাইথৈ চঙ্ঙে। চবাইথোং লেকযে। খোঙন চাক চায়রে। যাখু পৌবা তম্মোইদি য়িহালাই সেকমাই, খোইবেন খুন, চকপা, ফয়েং, কৌত্রক্তি নত্তে। রাইবোক, সোইচা কামেংগা, অম্রোগসু নত্তে। চন্দ্রখোং, নিঙেল, শিখোং, রাইখোং, থমখোং, পলেন, ককচিংলাংঙথেল অসিনে।

তানয়্বগী লোয়ন শিনলোন তানবৈবগী লোযন শিম্লোন্দি পূংজা য়ৈযে। তিনথুং লাইথুং লাইপু শলাই যেংযে। যাইপুং যাইশেন য়েংযে। অসি অনা মী অমনা নাই হায়ববু য়েংনদে হাযবগী খুদমদি চৈরাক্রা য়ারেকশঙনা কৌতুনা যেংহল্লগা মখোয়না হায়রবগা মচিল চৎলে। রাথৈশেল ১০০। ১০০ কংজেযে। লাই পাথংবা থৌনিবদা খয়োম লাকয়ে। সনামহি যাবা যুমখোং খুদিং চঙনা শেন খাযত্রুনা মৈরীংনৈযে। নিংথৌনা থাউ পিত্নুনা মৈ মুৎহলদে। সনা খোংলেঙলবদা পুংজা পুইয়ে। অযোকপনা উতুপ মৈরা পিযে। থৌথাংশঙ শাইযে অরাঙবনা থাউ থুম অমা পিয়ে। অশি অনা চত্তে। পোৎলোইবা য়াউদে। নিংথৌনা পাৎ অমা পিজৈয়ে। তাংখুনসুং পিজৈয়ে। লাই তৌন অনিমাসী চাকচা পিজৈয়ে। লাইনা

তীম্না চায়রে। লাইরম তীলম খঙনা নিংথৌনা তৌহল্লে। পুংজা কায়হন্দনা তৌহল্লে।

মাইবশঙ অহুম্মক্কী লোয়ন শিল্লোনদিঃ—যোইরেন

মাইবশঙ ৩ গী লোয়ন শিল্লোন

শঙনামুংদি লাইফম তিনফম লিঙখৎকনি। পোৎ লাক্কনি। লাইতিন শঙহনগনি। অহৌব লোই-শঙনা লাই তিন ২ মক্কী লাইচৎ তিনচৎ খঙনা তেংথাগনি ঈশৈ শক্কনি। লাইবা লোবশঙ মশাংগী মমিং খঙনা লাইশোন তিনশোন চুম্না খঙনা নাহৈগনি। চুকশা মোইথেমলবগা কোনচন যাইচনগনি।

পাৎচ-শলাই লোযশঙগী চৎন শিল্লোন্দিঃ—লাইদি

পাৎচ-লোইশংগী শিল্লোন

লুপানে। লুপানা বায়েল তৌগনি। লাইগী থাঙ থানগনি, শঙ ৪ অসিদি অমত্তনে খঙও। চূপ ৪ মক্কী মমিনে। মীফা মীপুনহৈদে। মরিমক্কী মীদি তানযৈবনে, পেনা খোংবনে ২ মাদি মমিনে অসিম্ম নাহৈদে। লাই ৪ মাদি দোলাই ওইনৈয়ে। [১]কোনলোয পাবোৎ পাৎ বোন থুমখোং লৌনৈয়ে। লাই মনাইনচিংবা অযাম্বা তৌনৈযে সনা খোঙলেংলবদি মাগী মাগী থোগন মশক খঙনা খঙনা তৌহল্লে। মরমদি মাইবশঙদি লাইগী শঙনে। লাই লৈযে। লাই ৮ শুনা লৈবনে। অসি লৈবনা মাইব শঙলেন কৌনবনে খঙও। অদুগা পাৎ বামোন হাযরিববুম্ম মাইববুনে। অহৌব

১ কোনলোয়-লৈফম শঙ।

শঙনা তিন্নুপনে য়োইরেম্না লাইরূপনে, মুপীনে। অসিনা মুপী নিপা ২ মাগী মশীন মাবগী মরম্না মুপীনা লোংজিয়ে। নিপানা উপ্লিয়ে য়েংও—লৈবনে। চৈরাওবা মুমিত্তা চৈরাওবা লোইরবদা লৈবাক নিংথৌ মরা চেৎননবা হায়রুনা থুঙ্গা নাইচা ২ না অঙম্বা অথৌবা শাচিং লানচিং, শঙলেন লাকপা, কয়রুং শেলুং, শত্বান, চৈরাক্কী ইঙোশিং, পুখ্রন, নোংথোন, অঙোপানবা লাইমচিংবা পাৎচা অমা ই অছেব য়োইরেন শঙ ৪ মরুচিংনা শঙ-পাম্নবা অয়াম্বা নিংথৌগী পোঙবৈফমদা কমহনা চহি অহুমগী ফও-হৌথিবা চঙদনবা লাই থুনদিন থুন মেলহনগদবনে। [১]লাই ৫ মক্না মাইবরোন ৫ মক্না থরাই ৫ গা মীগা থানা ৬ মকপু নুংঙাই মরাং কায়ননবা হরাউ তয়াম্না পান্নবা লাইগী তিনগী মেন্দুনা মুমিৎ ৩ নি ৫ নি ৯ নিগী য়েংনা লোইগদবনে। পুক্লিং হরাউনা নিংথৌনা নোংলোন মেনগনি। নিংথৌগী লৈমলেম্না লয়রোন ৯ মাবু তাইগনি। মুপী নিপা ২ মা হরাউনা শাম্নগনি। থৌচৎ ইচৎফরোইযে। লৌচৎ শীঙচৎ-ফরোইযে হায়বা খঙও। মী অহু অনিমক্তা চঙনা লৈরবনে। মী অহু অনিমক্তগী মচারবনে।

কোংবা লৈথোং কাৎপা কোবদি লাইনা থাই। অনিমক্কী ফত্তববু কাংতোক্লুনা লয়রোন ৯ মক্তা চঙহল্লে হায়রবগীদমকপু লৈথোঙ কাৎপা কোযে।

---

১লাই—মাইবা।

শজিফু লৈখূন ফুনবা হায়বদি লাইনা থা ১২ মক্তা ফত্তবা লাই হিংচাবা করম্বগু অহোবদা কায়ক্লুনা তাইবং মী নমু পোং করম্বদা চঙগনি হায়বগী শজিফু লৈখূন ফুনবগু মেন মেনবা কৌনা মমিং থোনবিয়ে। লয়রোন ৯ মক্তা ফাউবদি নুমিৎ থোকপদগী তারুবা ফাউবগু ফাওয়ে। অসিগী মথক্তা নিংথৌ ৭ মক্তী মথক্তা তম্বা যাইনিংথৌ নিংথৌ অথোইবা কৌনা লাইনা মমিং থোনবিহুনা শেকপিন মথোল ৯ শুনা খাম্না ফমদোংহন্নুনা লৈবাক মরোল ১৪ মাগু থুত্তা থুম্না পাগহল্লে। অসিনা নিংথৌ অপানবগু তাইবং মীনা কিনা খল্লিবনে।

ফৈদাগী থৌগন শিন্লোন

ফৈদাগী থৌগন শিন্লোন্দি ফৈদানা সনা থৌগন নকশিল্লবগী ফৈদাদি শঙপাম্নবা পূম্নমক্তা ইয়াম্বা কৌয়ে। ফৈদাদি ইয়াম্বা কৌবা চত্তে, মরম্নাই লৈববদা কৌগনি, চৎকনি। নিংথৌমচা অঙম অথৌ নাক্তা ফৈদানা চঙফদে।

নিংথৌগী লৈমনা লমথোকপদা কয় নিপানা লোলাই পুইযে। ফৈদানা কোঞ্জিল পাযয়ে। পাখং লাকপা, নাহালাকপা অনিমা-নাচিংনা মনিংদা চৎলে। ফম্মাং চঙলবদা। "নিংথৌ অথোইবও। য়োইবুনাই ননাইশিং সনা থৌগন হৌনবা বাগী লীনবা, পেনা থোংনবা সনা থৌগল অয়াম্বা চঙলকয়ে" অম্মুম হঙ্গৎকনি অম্মুম পাউ তাকয়ে।

ফম্নাং চঙবদা ইন্নাম্না নিংথৌ শেনবা ! নোংথিল মিংতি ইমিংনে অহিং মিংতি নমিংনে উচেক ৱায়া ৱাবা থোক্লেল হৈও নমিং নন্নাকোং-শিংও হায়না পাউতাকয়ে ।

কৈদানা অহিংদা কোন্নুং চঙলবদা লৌচৈ মতোন্না লৈবাক্তা খোরো খোরো লাউনা মথোংলহনা কৈদা চংলি হায়বা খঙহনগনি ।

নিংথৌনা ফম্নাল কাবদা তৌগদবা

নিংথৌনা ফম্নাল কাবদা হুজবদা চকথাং থানগনি হিদংনা ইনচম থনগনি । পাখংলাকপা, নাহালাকপদি মৈবুল লৌচৈ পায়না থনগনি । অঙম অথৌ লৈবাক্কী ইপুশিংনা চংবদা কৈদানা মমাংদা চৎকনি । লৈমা নিংথৌনা পা-না চাবদি কৈদাদা হান্না পিজগনি । মতুংদা ফমথৌ নিংথৌশিং মথং মনাউ খঙনা খঙনা পিজনি । কৈদা হুজবদি ফিবোং ফিদা কাশেন মমাংদা ইন্না পুইয়ে । হুমাই থাঙ, থাউথাং পুইয়ে । দোলাই তোংয়ে । লাকথোংদগী হৌনা মৈরা থান্নে । চাকচাদি মবুথৌ সনামহিদগী থুম ১ চায় । হিদংদি কাশেন মমাং ইন্না পুইয়ে । চাকচাদি অচানবিকৈদগী ফৌ চাং কোং অমা চায়রে ।

পাখং লাকপা নাহালাকপা অনিমক্তি ফিদা অশংবা পুইয়ে । কাশেন নাকন্দা য়েপ্না পুইয়ে । পোৎচাদি ইংথোন অয়াম্বা পা-নৈয়ে । পাংগুন ইংথোলগী হুরাইদি কৈদানা থোম্না চন্নে । শঙ অমা শান্থনা লাইরিক পায়বগা খঙমিন্নৈয়ে । কৈথেল অয়াম্বনা ৱা লান থোক্লবদি লাকথোংদা ৱাথেন তৌনৈয়ে । অমদি কোন্নুংগী

য়োইবু য়োইহৈ নিংথেম মুবী ভূ অয়াম্বীশিংনা ৱাথি ৱামাং থোক্লবদি লাকথোংদা ৱাথি ৱায়েল তৌনৈযে। ফৈদাদি থৌদা ইম্না তৌফদে। নামুভনৈয়ে। লাইরুপনে খঙও। হৈরুক থোইরুংবা, হিরু হিনাউবা, ইরুংবা, ৱারুংবা অসিস্তু মিৎয়েং চঙয়ে। কৈথেল ও গী লাইলুক মাইথঙননা ফৈদানা য়েংহনগনি। য়েংনা ৱায়েল খঙনা খঙনা কাইথোক্কনি। মবুথৌ ময়ু লাইনিংথৌ সনা হাকথক্তা খা অৱাং কৈথেল অনিমা পুথোকয়ে। ময়ু নিংথৌরেন কিযাম্বা পোং নিংথৌ খিথোম্বা মরোম ওইবা অনিমানা কাঙপোকপি থোংনাংবু অৱাং কৈথেল লাইতিনকোন্দা পুথোক্লা থময়ে। কৈথেল ও মাগী মমিং ও বু অনিমানা শূপ্না লৈহনখিরে। অসি লৈবনা থোংউপ কিরুপ হাপ্লা য়াদে হায়রিবনে খঙও।

---

লোইরবা।